# কোহিনুরগী মশাইগোন্দা



ডা: যামিনী দেবী

**কোহিনুরগী মশাইগোন্দা**

**অইবী ঃ ডাঃ যামিনী দেবী**







| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোংবা | ঃ | ২০০০ দিসেম্বর |
| ফোংবা | ঃ | রাই প্রবীনা ব্রর্দস<br>শগোলবন্দ, তেবা বাজার<br>পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল |
| কোপী | ঃ | ৫০০ |
| মমল | ঃ | লুপা ৩৫/- |
| মখুমগী লাই | ঃ | হাইদ্রাবাদকী বিরলা মন্দির |
| কম্প্যুটর টাইপসেটিং | ঃ | চন্দ্রকুমার লাইশ্রম |

নম্ফম ঃ
দি সরস্বতী প্রিন্টিং বার্ক্স,
সেগা রোড, খৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১

# য়াওফম তাকপা

| | হীরম | | লামায় |
|---|---|---|---|
| ১। | কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (হাইদ্রাবাদ) | ... ... | ১ — ১৯ |
| ২। | প্রশান্তি নিলয়মদা | ... ... ... ... ... | ২০ — ২৬ |
| ৩। | টিরুমালাই চীংদোলদা | ... ... ... ... ... | ২৭ — ৩৫ |
| ৪। | ত্রিপুরাগী খোঙচৎতা | ... ... ... ... ... | ৩৬ — ৫১ |

# বাহৈ খরদং

লাইরিক অসি ঐগী অহমশুবা লমকোই রারী লাইরিকনি। ঐনা হাইদ্রাবাদ, পুতাপর্তি, টিরুপতি অমসুং ত্রিপুরাদা চৎলুবগী পাউদমনি। ঐনা উরকপা খেংনরকপা লমদমশিং অদুগী কলা, সংস্কৃতি, ইতিহাসকী মচাকশিং, মহৌশাগী ফজবশিংদু ইদুনা লাইরিক ওইনা, সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনবা পুথোকচবনি।

— অইবী —

# কোহিনুরগী মশাইগোন্দা

অনৌবা মিলেনিয়ম ২০০০ গী অহৌবদা জানুৱারী থাদা হাইদ্রাবাদতা চৎপগী তাঞ্জা অমা ফংখি। খোঙচৎ অদুদা গোলকুণ্ডা লানবনগী তেক কায়রবা শক্তমদু উরুই। মদুনা ঐগোন্দা কুতুব সাহী সুলতানবু নীংশিংহল্লি। মুগল নিংথৌ ঔরঙ্গজেবগা লানথেংনবদা মহাকপু থা ৮ চুপ্পা লানবনদুদা ফাজিনদুদা থমখিবনি। অদুগী তুংদা খৃষ্টগী ইং কুমজা ১৬৮৭ তা গোলকুণ্ডা লৌশিনখিবনি ঔরঙ্গজেবনা। মদুদগী মতিক মগুন লৈশ্রবা কুতুব সাহীগী সম্রাজ্যদু লোয়শিনখিবনি। কুতুব সাহী নিংথৌশিংসিনা কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎলম্বদু ভারতকী ইতিহাসতা শীংথানরিবনি। লানবন অদুমক্তা য়েংবদা মখোয়গী মতিক মগুনদু অদুম খঙবা ঙমই। অঙৌবা নুংজাওতনা কুতুব সাহী আরকিটেকচরদা শাবা লানবন মনুংদুদা ফজরবা হৈকোল লৈকোল, পুখ্রি, মীয়াম তিনফম হোলনচিংবা লৈরি। গোলকুণ্ডা লানবননা অমুক্তসু কোহিনুরগী ৱারীবু হৌদোরকখি।



**গোলকুণ্ডা লানবনগী তেক কাইরবা শক্তম**

ময়ায়থংবা যুগতদি গোলকুণ্ডাদা হীরাগী খনি য়াম্না লৈরম্বনি। পৃথিবী পুম্বনা মিহৌনরিবা পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাউরবা, খ্বাইদগী হেল্লবা হীরা কোহিনুর গোলকুণ্ডাগী খনিদগীনি।

খনিদগী হেক খোঙদোইরকপদগী শক্তি পাইবশিংনা মহাকপু মুন্নদুনা খুখাং কয়া, লমদম কয়া লান্না চংখি। শকহেনবী কোহিনুরনা মতম খর মুগল নিংথৌরেলশিংগী লুহ্পতা লৈতেং ওইনা ঙাম্লোইরমই। অদুগী তুংদা নাদির সাহনা অমুক মুন্দুনা পুশ্রবনি। মহাকনা শিরবা তুংদা অহমদ সাহ অবদালিগী খুত্তা অমুক য়ৌখি। মহাক্কী খুতম ফংহৌবা সাহ সুজানা মতম খর কোহিনুরবু মাগী নাক্তা থমজখি। মঙোন্দগী অমুক মহারাজ রনজিৎ সিংহগী খুত্তা য়ৌখি। রনজিৎ সিংহগী মচা মশুশিংদগী তুংদা বৃটিশশিংনা লৌশিনখিদুনা ভিক্তোরিয়া মহারানীদা শিন্নখি। অদুদগী হৌনা কোহিনুরনা ইংলণ্ডগী মহারানীগী লুহ্পকী লৈতেং ওইদুনা লৈশ্রবনি।

কোহিনুরগী মশাইগোন ওইরিবা হাইদ্রাবাদ সহরদা ঐনা চংলুবদু নুপীগী য়াইফ থৌরাং লৌখৎপগী মতাংদা খন্ন নৈনবদা শরুক য়াবগীনি।

সন্ধ্যারতীগী মতমদা নোংমা ঐখোয়না হাইদ্রাবাদ সহরগী ময়োলমক্তা লৈরিবা বিরলা মন্দিরদা চংলুই। অরাংবা চীংদোং মচা অমগী মথক্তা লৈরিবা বিষ্ণুগী মন্দিরদুদগী কাংশিগী, শরীক্কী খোঞ্জেল, ধুপ-বর্ত্তি লৈশুগী নুংশিরবা মনমনা অকোয়বদু শিনথুংনা শন্দোক্তুনা লৈ। ভক্ত বৈষ্ণব কয়া অমসু মফমদু তম্না ভগবানগী দর্শনগীদমক লাকনৈ। ফনা শাংবা কিউদু ঙাইরগা লাইগী দর্শন ফংলকই। মন্দিরদুদা লাৎলিবদু বিষ্ণুনি। টিরুপতিগী টিরুমালাইদা লাৎলিবা ভেঙ্কটেশ্বর স্বামীগী মুর্ত্তিগা মান্নে। মন্দিরদুগী চংফম নাকল অমদা সির্দ্ধী সাই বাবাগী মুর্ত্তিসু লাৎলি।

মন্দির অদু নৌবত পর্ব্বত হায়বা চীংদোঙ মচা অমগী মথক্তা, নুংঙৌনা, হৌজিক মতমগী ফজবদা অয়ৌবী য়ুমশাদা শাবনি। নৌবত পর্ব্বত হায়বসিদি মমাংঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি নিংথৌনা মতম মতমগী ওইনা প্রজাশিংদা পীবা য়াথংদু পুংজাও থিল্লগা হুকুম লাউথরম্বা মফমনি।

লাইগী দর্শন ফংলবদা ঐখোয়না মন্দির মথক্কী ফম্বাক্তুদা ফমদুনা অকোয়বগী ফজবা নীংথিবদু য়েংদুনা ঙহাক লৈরকই। অরাংবা মফমদা লৈরিবা মন্দিরগী ফম্বাক্তুদগী য়েংথরকপদা হাইদ্রাবাদ সহরগী নিংথিবা ফজবদুদি হায়নিংঙাই লৈতে। মুসলীমগী ইদ থৌরমসু নুমিৎ অদুদা পাঙথোকলমই। মুসলীম প্রজানা তংখায় ওইনা লৈরিবা হাইদ্রাবাদ সহরনা ইদ নুমিৎ অদুদা হরাও কুম্মে, ধর্ম্মগী লাইশোলনচিংবা মফম কয়াদা পাঙথোকই,

লোয়ননা সহরদুগী হৈকোল, লৈকোল ফুরা দলাল কয়াদা মৈগী লৈতেং তৌদুনা ফজহল্লি। পুম্নমক্তুনা ঐখোয়বু শুমহৎতুনা গুহাক মফমদুদা থমখি।



বিরলা মন্দিরগী ফম্বাক্তা

মন্দির অদুদগী কুমথরকপদা কা অমদা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং, অশাবা মুর্ত্তি, মালা, ঈশেগী কেসেটনচিংবা য়োল্লি। মদুদগী ঐখোয়না গীতাগী কেসেট, লাইরিকনচিংবা খর লৈরগা হল্লকই।

হাইদ্রাবাদ সহরসি অন্ধ্রপ্রদেশকী কোনুংনি। অন্ধ্রপ্রদেশতি মহাভারত, রামায়নদা শিংথারম্বা য়াম্না লিরবা লৈবাকনি। খৃষ্টগী মমাংদগী লৈরক্লবা লমদম ওইরগসু লৈবাক অসিগী কোনুং হাইদ্রাবাদতি চহি ৪০০ মুক্তা ওাইরিবনি। মসিগী শমলপ্পা ৱারীদি — গোলকুণ্ডাগী মরীশুবা নিংথৌ মুহম্মদ ক্বালী কুতুব সাহনা পানবা মতম ইং কুমজা ১৫৮৯ দা মুসী তুরেলগী নাক্তা লৈবা লৈহাও চেনবা, মঁহে মরোং চুমথ্রবা, ফজথ্রবা লমদম অমবু মাগী কোনুং ওইনা শেমগৎলমই। নিংথৌনা মাগী নুংশিজবী ভাগমতিগী মীং লৌদুনা লমদমদুবু ভাগনগর হায়না মীংথোল্লি। মুহম্মদ ক্বালীগী নুংশিবদা লুপচরবী ভগমতিনা মুসলীম ধর্ম্ম লৌরবদা মাগী মীং হাইদর মহল হায়না ওনখ্রে। মদুগী তৌবীমল ওইনা মুহম্মদ ক্বালীনা ভগনগরবু অমুক "হাইদরগী সহর" হাইদ্রাবাদ হায়না থোনখিবনি। ফজ ফজরবা ফুরা দলাল, হৈকোল লৈকোল, পুখ্রি, থাঙ্গপাৎ, মসজিদ

শেমগৎতুনা সহর অদুবু অয়েবী থাক্তা ফজহল্লমই। কুতুব সাহী নিংথৌশিংনা পানবা মতমদুনা খৃষ্টাব্দ ১৫১৮ দগী ১৬৮৭ ফাওবনি। অদুগী তুংদা মুগল নিংথৌশিংনা খৃ: ১৭২৪ ফাওবা পানবনি। মতমদুদসু সহর অদুবু অমুক্কসু হেন্না ফজনা ফুরা দলাল, হোসপিতালনচিংবা শাগৎলমই। ফজবদা মমিং চৎলবা চারমিনারসু মতমদুদা মুগলশিংনা শারমই। খৃ: ১৭২৪ দগী ১৯৪৮ ফাওবা হাইদ্রাবাদতা নিজামশিংনা পাল্লি। হাইদ্রাবাদকী নিজামশিংদি ইনাকখুনবদা পৃথিবী শিঙ্গংনা ফাওবনি। — হাইদ্রাবাদকী মাপলগুবা নিজাম মহবুব আলী, আসীক সাহ VI (১৮৬৯-১৯১১) দি কৈদৌনুংদা হান্না অমুক শেংনগ্লবা ফিজোল শীজিন্নদে। মাগী ফজখ্রবা নিংথৌগী শাইজোনবা ফিজোলশিংদু থম্লবা মাগী কোনুংদা মথোল অনীগী দলাল অমা থমই হায়নৈ। নিংথৌগী মচানুপী, রানীশিংনা হীরা মনি মুক্তানা থামলবা কোক্কী লৈতেং, সনাগী খোঙজি, খুজি শীজিন্নৈ। লৈমকোল নিংথৌকোলগী কাশিংগী লৈমায়দা মমল য়াম্রবা মনি মুক্তানা থামদুনা থমই। অকে অমৌদা খোইদাবা নিজামশিংনসু মখোয়গী মতমদা হাইদ্রাবাদ সহরবু ফজবা মওংদা নৌনা শেমগৎ শাগৎলমবনি। মতমদুদা কোলেজ, ইউনিভরসিটি, হায়কোর্ট, লাইব্রেরী, পব্লিক গারদেন নচিংবা হাপচিন্দুনা হাইদ্রাবাদ সহরবু হেন্না মগুন হেনগৎল্লম্বনি।

অসুম্না নিংথৌ কয়ানা মথং মথং পান্দুনা ফজনা শেমগৎলম্বা নীংতম্বা লৈবাকতু ইং কুমজা ১৯৪৮ গী সেপটেম্বর ১৭ তা নিজামদগী লৌশিন্দুনা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরকখিবনি। খৃ: ১৯৫৩ ফাওবদি লমদমদু মাদ্রাজ হায়না কৌরম্বনি। তুংদা তেলেগু লোনবা লমর্মখে খাইদোক্নুনা খৃ: ১৯৫৭ তা অন্ধ্রপ্রদেশ হায়না থোনখিবনি।

হৌজিক্তি অন্ধ্রপ্রদেশকী কোনুং ওইরিবা হাইদ্রাবাদ সহর অসি বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজিগী মতেংনা অমুক নৌহৌনা শেমগৎতুনা চাওখৎলবা সহরশিংগী মনুংদা শিংথাবা য়াবা অমা ওইরে। লমকোয়বা লাকপশিংনা ওসিদি সহর অসিদা ইতিহাসকী মচাকশিং, কলা সংস্কৃতি অমসুং বিজ্ঞানগী পোথোকশিং উবা ফংবগা লোয়ননা শান্তি ওইনা পোত্থাবসু ফংবা মফম অমা ওইরে।

ঐনা মফম অদুদা চংলুবদু ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন ফোর বুইমেন্স ষ্টদীজনা শীন্দুনা জানুৱারীগী ৮-১১ ফাওবা কনফরেন্স অমা য়াওরুবদনি। মণিপুরদগী ঐখোয় নুপী মরী ঐ, পাওনম ম্মো, ‹রাম মোমোন, রহেনা মৈনমগা খোঙবু ওইদুনা চংমিন্নে।

মণিপুরদগী হাইদ্রাবাদ য়ৌবা ফাওবসি ফন শাংবা লম্বীনি। মণিপুরদগী কলিকাতা ফাওবা কিলোমিটর ১১০০ দুনা এরোপ্লেননা চৎলে অদুগা কলিকাতাদগী হাইদ্রাবাদ ফাওবা কিলোমিটর ১৫৮৮ দুনা ট্রেননা চৎলি।

মণিপুরদি ভারতকী নোংপোক চিদাইদা লৈবনি। লম্বীথোঙগী ফিভমসু ওয়োকনা ফংখিদ্রবনি। পৈশা তিংলবসু এরোপ্লেনগা চৎকে হায়বদা টিকেৎ পাক হেক ফংবা নত্তে। অদুনা ঐখোয়না ইম্ফালদগী কলিকাতা ফাওবা এরোপ্লেননা চৎপগী টিকেৎ পূন্না ফংদদুনা ঐনা ইন্দিয়ান ইয়ার লাইনসকী প্লেননা অদুগা ইনাও অহুমনা জেৎ এয়ার লাইনস প্লেননা চৎলি। ঐনা নেতাজী সুভাসচন্দ্র বোস ইন্টরনেসনেল এয়ার পোর্ট (হান্নদি দম দম এয়ারপোর্ট কৌরম্বনি) তা হান্না থুংলে। মখোয় অহুম থুংলবদু ঐনা এয়ারপোর্টতুদা পুং ২ রোম ঙাইদুনা লৈ।

কলিকাতাগী এয়ারপোর্টতু ইন্টরনেসনেলগী ওইবনিনা মফমদু পুং ২৪ মক য়াম্না চিন্দুনা লৈ। প্লেন অমা পাইখৎখি, অমা পাইথরকই। থুংলরিবা মীশিংবু ওক্ক দুনা পুশিল্লকুবা, চৎখিগদবশিংবু এয়ার ক্রাফট য়ৌনবা থিনজিন্নবা বস অনী অহুমনা থৌদোকখি, থৌজিল্লকই। সিক্যুরিটিগী মীওইশিংনা মীনা পুরকপা পোৎচৈ চেক তৌই। পাউ থাদোক থাজিন তৌই। অথাপ্পা লমদা লায়েংলুনি হায়দুনা হৌগৎপা ঙমদ্রবা অনাবা অমসু হুইল চেয়ারদা পুশিল্লকই। লগেজ গী হুইলিং ট্রোলী মনাকতুদা লেপ্তুনা পেসেঞ্জরশিংনা মশা মশাগী লগেজ ঙাইনরি। কম্পুরটরনা উৎলকলি এরোপ্লেন থুংলবগী মতম, থেংথরে হায়বগী পাউ। চৌক্রীদা ফমদুনা মতম ঙাইরিবা পেসেঞ্জরশিংবু নুংঙাইহন্নবা টিভি সেটশিংদা মখল মখাগী জগোয় ঈশৈসু উৎলি। য়েংববু হৈরবদি কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি হায়বদুনি। ময়ামদুনা শুমহৎতুনা মতম হৌখিবা খঙহৌদে। ময়ামগী মরক্তুদা মশা নানবী, ফিজেৎ ফিজোল নাম্না শেৎপী এয়ার হোষ্টেসশিংনা মখুৎতা বিউটি বোক্স পায়দুনা মশা খিঙনা গপ গপ চৎলি। এয়ার হোষ্টেস অমনা মখুৎ লোম্নদুনা ঐঙোন্দা নমস্তে তৌই। মহাক্না হায়রকই—

"মেদম ঐবু কাউবিরব্রা ? ঐহাক জি পি ক্লইমেন্স কোলেজদা তমলকপীনি। ওজাগী ছাত্রী ওইরকপনি।"

"ও ! ঐখোয় অহল ওইরকপসিদা ইকাউ কাউরে নখোয়না নখোয়গী ওজাবু উরগা অদুম্না নীংশিংলকপদু য়াম্না নুংঙাই।" ঐনা মখা চৈখে।

"কয়াম কুইরে নংনা এয়ার হোস্টেস ওইবসি ?"

"চহী অমা ফারে"

"নহাক হৌজিক কদায়দা লৈ ?"

"এয়ার পোর্টসিগী মনাক নকনা এয়ার হোস্টেসশিংগী ক্বাটর লৈরিবদুদা ?" হায়রগ্রগা মহাক এয়ার ক্রাফট লোমদা চংশিনখি।

চহী ৩০ হেন্না ঐহাক জি পি বুইমেন্স কোলেজগী এদুকেশন সবজেক্তকী ওজা ওইদুনা নুপীমচাশিংবু লাইরিক তম্বীরকখিবনি। ঐনা তম্বীখিবা নুপীমচা কয়া হৌজিক্তি মশক নাইবা থবক্তা চঙখ্রে। ঐনা চংলুবা মফম খুদিংদা মখোয় অমা নত্রে অমা হেক হেক থেংনৈ। ওজা ওইবা ঐখোয়না নুংঙাইজবদি ঐনা তম্বিখিবা মহাকতুনা সমাজদা অচৌবা ফম পায়দুনা মশক নাইবা মী অমা ওইবদুনি। অদুগুম্না মহাকতুনা ঐখোয়দা ওজাবু হায়না ভক্তি তৌরকপদুনি ঐখোয়না য়াম্না পেঙ্গরিবসি।

জেৎ এয়ার লাইন্সকী প্লেন থুংলরবদা ইনাও অহমগা উন্নরে। ট্রোলীদা পোৎচৈ হাপচিল্লগা টেকসী য়ৌনা ইল্লে অদুদগী মনিপুর ভবন তান্না চংলে। ভবনদু ২৬ রোল্যাণ্ড রোদতা লৈবা মেন্সমুল্লার ভবন মনাক্কীদুনি। টেক্সী চংখ্রবা তুংদা ঐখোয়গী লগেজ অমা চিখরে হায়বা খঙলে। ঐখোয়না খনবদি পোৎতু টেক্সীদা য়াওখ্রে অসিনি। লাইবক ফৈ হায়গদ্রা ঐখোয়না প্রিপেদ টেক্সীদা তোংলকপদুনা টেক্সীগী গাড়ী নম্বর, চে চাং য়াওই। ভবনদা চংশিল্লগা এয়ারপোর্ট অথরিটিদা টেলিফোন তৌদুনা পোৎ মাঙখিবদুগী খাকৎলে।

মথংগী নুমিৎতা ঙস্তানা ট্রেননা কলিকাতাদগী হাইদ্রাবাদকীদমক খোংশাল্লে। অদুনা মাঙখিবা পোৎতুগী মরম খঙবা ঙমদনা অদুম চংলে। পোৎতুগী মপু মেম্মাদি য়াম্না নুংঙাইজদ্রে হায়বা খঙই। মাগী অকে অমৌগী মপোৎ মচৈ, কাংখল শেংন ইন্নবা ফিরোল য়াম্না য়াওই, মচু মুবা বেগনি হায়না মানা তোয়না পল্লি। হাইদ্রাবাদ য়ৌরগা ভবন্দা টেলিফোন তৌদুনা হংই অদুবু মফম খঙবা ঙমখিদে। চয়োল অনীগী তুংদা ঐখোয় অমুক ভবন্দা হল্লকই। পোৎ অদুগী মরম খঙনবা ঐখোয়না এয়ারপোর্ট তানা চংলি। পোৎ অদু ইন্টরনেসনেল কারগো গুদাম য়ৌপ্রে হায়বা খঙলে।

বেগ অদুনা মফম অদু য়ৌবগী বারীদু উহৌবা মীনা তম্বদি ওহোক্না নোকনিংবা পোকই।

হৌজিক্কী মতম অসিদা তোয়না থোক্লিবা থৌদোকশিংগী মনুংদা রেলবে ষ্টেশন্দা, এয়ারপোর্টশিংদা বোম পোকখায়দুনা মী শিবা অসিসু অমনি। বেগতা বোম হাপচিন্নগা মফম মরাং খণ্ডদনা হন্দোকলগা মদুবু হেক পাইরবদা পোকখায়রক্তুনা মীওই কয়াগী পুন্সি লোমগ্রে। অদুনা চেকশিন থৌরাং ওইনা মীশিংদা "মপু খণ্ডদবা বেগ লৈরম্রবদি মদু শোক্লনু" অসুম হায়না লাউথোক্তুনা খণ্ডহল্লি। ঐখোয়না চিখরম্না বেগ অদু মপু য়াওদনা এয়ারপোর্টতা অদুম লৈবদুনা বোম এক্সপার্টশিংনা লাকলগা মখোয়না পাকথদুনা চেপথদুনা বেগ অদুবু য়েংবা, থিজিনবা মতৌদু উহৌবদুনা তম্নদুনি নোকনিংই হায়রিবসি। অমরোমদা অমুক ঐখোয়না চেকশিনবা ৱাংপদগী টেক্সি ড্রাইভর অমসুং মী অতৈ কয়াদসু অৱাবা নংহনবদু খল্লুরগা নুংঙাইতে। অদুবু বেগ অদু ফংলবা তুংদদি ঐখোয়না য়াম্না হরাওখি।

ঐখোয়না কলিকাতাদগী সিকন্দারাবাদ কাওবা চংপা ট্রেন্দু ফালুকনামা এক্সপ্রেস-ননি। য়াম্না য়াঙই। ট্রেনদুনা খা ভারতকী লমদম কয়া কাওদুনা চেল্লকপদা লৈহাও চেনবা লমদম কয়াদা হৈনৌগী, লফুগী, লশিংগী হৈকোল পাকশন্না থাবা লবুক কয়া থেংনৈ। গোদাবরী, কৃষ্ণ তুরেলগী মথক্তা ট্রেন্দুনা চেল্লি। শংবান্নবা লাইজনা টালী মখাদা থোঙখাদা ৱা ৱা চেল্লি। মনাক নকপা লবুকশিংদা অশংবা ফৌনানা মালংগী শউমদা হাইনা হুম্না জগোয় শাহৌই। মদু উবদা ইরমদম মণিপুরবু নীংশিংই। পোক্লফম লমদম নুংশিবীদো ৱাহৌবনিদা! য়েংলু য়েংলুবা মায়কৈদা অৱাংপগী অৱাংপা ঙাক্তা ঙাইহৌবনিদা! লবুক্তা য়েংলুই ইহাং হাংহৌই। মীরমদা তৌনরিবা অসুম্না লৌরোক অনী অহমলক লোকপগী খুদোংচাবসু লৈতেকো? অসুম্না মওল মওল খল্লকই।

অন্ধ্রপ্রদেশ য়াম্না পাকচাউবা লমদমনি। ঐখোয়না য়ৌগদবা মফম হাইদ্রাবাদতি অন্ধ্রপ্রদেশকী ময়ায় চবুক্তা বিজৱায়াদাদগী অৱাং নোংচুপতা কিলোমিটর ২৭১, ভিশাখাপটনমদগী খা নোংপোক্তা কিলোমিটর ৬৩৭ টিরুপতিদগী অৱাং নোংচুপতা কিলোমিটর ৫৮০ লাপ্না লৈবনি। মণিপুর দগীনা কিলোমিটর ২৬৮৮ নি লাপ্না লৈরিবসি। লম্বী শাংনা ট্রেনদা চংপদুদা মতম লেনবা ৱাই। ঙহাক অমুক লাইরিক পাই। ট্রেন মনুংদা য়োল্লবা অচাপোং লৈদুনা চাবসু য়াওই। ঐখোয় মরীনা মখল মখাগী ৱারী শাই। ঙহাক অমুক তুমই। হৌগংতুনা ফমই। ষ্টেসন অচৌবদদি ট্রেনদু ঙহাক লেপ্লি। মমিং উদ্রবা, ফিভম শোয়রবা মী কয়াসু, ঈশে শক্তুনা পৈশা নিবা

কমপার্টমেন্ট মনুংদা চংলকই। মতৌ অদুগুম্না মীওই কয়ানা য়ানা পুন্সি লেনবদু উবদা য়াম্না নুংঙাইতে। ঈশ্বর মাগী নোংদমখোম্নি খন্দুনা পুক্লিং ফার্থজে।

নুমিৎ তারমদাই সিকন্দারাবাদ নকশিল্লকেবা তাঙ্গাদুদা নহা অমনা ফন চাউবা বোড়াখাউ অনী পুশিল্লতুনা ঐখোয়না তোংবা কম্পার্টমেন্ট অদুদা কাখৎলকই। ঐনা ফম্লিবা সিট অদুগী মখাদা মাগী খাউদু ইনশিল্লগা অহাংবা সেল্ফ অমদা কাখৎতুনা ফমখি। ঐনা হংই —

" নংগী পোৎসি করিনো ?
"শেল অচোইবনি।"
" নংগী অসুক য়াম্বা নরল অসি ঐখোয়বু শেম্নৌ অসিনিনে।"
নহাদু খজিক্তং নোকই— য়াদি ঙাংদে।

ঐনা মখা চঁখে - " ফরে নংগী নপোৎ অসি শেম্নবীরগে অদুগা ঐখোয়দা খরা খাইরম্মু। ঐখোয়গী লমদসু শেল অচোইবা য়াম্না তাংহৌরে।"
" ঐনা কমিশন পিরম্লগা পুরকপনি "
" ঐখোয়সু নঙোন্দা অমুক পীরগা লোয়রেদনা। অসুক য়াম্বসি নহাক কৈদৌননি"
"ঐহাক হোটেল অমা ফমই। মদুদা শীজিন্ননবনি" হায়রম্লগা মহাক তুমিন্না হিপথখি।

ঐনা খল্লি-মহাক্না ঐখোয়বু থাজবদগীনিসে মানা ইরায় লায়না ঐখোয়গী নাক্তা মাগী মরলসি থম্লগা তুম্বা ঙম্লিবসে। কনাগুম্বা তাকু তারাং তৌবা মী থেংনরবদি মাগী মপোৎতু মুনবীখিবা শোয়দবনি। মানা নুপীদা থাজবা থম্লিবা অদুগীদমক্তা পুক্লিংদা নুংঙাইজে। নোংঙাল্লমদাই পুং ২ তাবদা মহাক ষ্টেসন অমদা কুমথহৌই।
চৎলমদাইদা মহাক্না হায়রমই - "সুক্রিয়া"।

নুংথিল পুং ৩ তাবদা সিকন্দারাবাদ য়ৌরে। কনফরেন্স তৌগদবা মফম NISIET (National Institute for small Industry Extension Training) Yusuf guda police lane, Hyderabad তানা টেক্সিনা চৎলে। মথংগী নুমিৎতা তৌগদবা কনফরেন্স অদুগী মফমদুদা হান্না চংশিন্দুনা রেজিষ্টেসন তৌরে। অদুদগী ঐখোয়গী লৈফম ওইগদবা কাজাবা হিলসতা লৈবা মনালী গেষ্ট হাউস তম্না চৎলে।

নুমিদাং পুং ৭.৩০ তাবদা মনাঙী গেষ্ট হাউসকী মেনেজরনা ঐখোয়দা অসুম্না খঙহল্লকই -"দিলিগেৎশিংগী নুমিদাংগী চাকলেনদু রেজিস্ট্রেসন তৌফমদুদা শিল্লনি। মণিপুরদগী অমসুং ষ্টেট অতে খরদগী লাকপা দিলিগেটশিং মফমদু তানা চৎপীরো।"

ঐখোয়দি লম্বী শাংনা লাকপনিনা য়াম্না ব্বারে। অদুনা দিনরগীদমক মফমদুদা অমুক চৎত্রবসু অনকপা হোটেল অমদগী চাক ইনশাং লৈহল্লুরগা চারসি হায়না লেপ্পরে।

মী অমগী চান্নবা চাক ইনশাং চাকলুক অমদা লুপা ৩৫ নি। ঐখোয় মরিগী চাকলুক মরি অমসুং পাখোন শিরিবা নুপামচাদুগী খরচকা লুপা ১৫০ শিন্নরে। ঙাইহাক লৈরগা নুপামচাদুনা লানা য়োম্বা অচৌবা চয়োম মরিনে, প্লাষ্টিক খাউদা হাপ্লা মগুক্তা লংনা পুনবা অগুাংবা, নাপু মচু, অঙৌবা বোল মানবা তরা তরুকনে দাইনিং টেবল মথক্তুদা পুল্লপ থম্লরে। রহেনানা ঐবু কৌথোরকই -" ইচেম্মা, ময়ামসিবু করি করিনো "

ঐখোয়না কাদগী থোরক্তুনা য়েংনরে। চয়োমদু থোক্রে। প্লাষ্টিক বোলশিংদু হাংদোক্তুনা য়েংবদা - রাজমা, সামবার, অচার, দহীনচিংবা ইনশাং মথেল মথেল ওইরমলে। "করি করিনো, বোম ওইরবোই নীংদুনা ইপা পাখৎলুরে।" রহেনানা হায়রকই।

ঐখোয় পুন্না নোকর্মিন্নে।

চাক অপৌবদুদা ইনশাং মহীদু হৈজিল্লগা চাবদুগী মহাওদি করি অমুক হায়রুনি। ইরোনবা, কাংশোই, হঙ্গাম খোংবা, কাংঙৌ, শিংজুদা হৈনগ্রবা লৈতোন অসিনা অশিনবগী অশিনবা ঙাক্তা ঙাইবা, ইনশাংশিংদু অমত্তা য়োৎপা য়াখিদে। ঐখোয়দি শঙ্গোম অফম্বগা চিনিগা চাবা হৈনে অদুগা লমদমদুগীদি দহীদা থুমগা মোরোক মকুপ হাপ্লগা চাবা চৎনৈ। উপায় লৈতবনা ঐখোয়না ট্রেনদা চাবদগী পুরকপা লফোইদুগা চিনি খরগা দহীদুগা তোৎতুনা খরা চারে। অতে ময়োমশিংদু গেষ্ট হাউসকী নুপামচাদুদা পীখ্রে।

চাবদতা নত্তে মফমদুদা মনিপুরগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। ঐখোয়না মনিপুরদগী খোঙশাল্লকপা মতমদু মনিপুরদা য়াম্না ইংলি। অহিংদা কম্বল অনী অহম শুপত্রবদি থক থক নিক্লরিঙেনি। হাইদ্রবাদতসু অদুম তৌরমগদবোই নিংদুনা শাল, জরসি, কম্বল

পুদুনা ময়োম চাউনা লংফৈ চৎলে। পোৎচাউশিংদু থাংদোক-থাংজিন তৌবদা কুলিনা পৈশা য়ান্না লৌহোৎই। হাইদ্রাবাদ য়ৌরগদি ফিরোলশিংদুগী কান্নবা অমত্তা লৈরমদ্রে।

পাক-চাউরবা ভারতনি। লম অমগা অমগা খৈন্নে অহিং অশা, ফিজেৎ চাকচা, য়ূমলৈ কৈরৈদা। খেন্নবা ময়াম্বু লিচিং অমত্তা ওইনা পান্দম অমনা মফমদুদা চিংশিল্লকলি কনফরেন্স অদুনা। তোঙান-তোঙানবা ষ্টেট অতৈদগী নুপী ৪০০ হেনবনা নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবগীদমক খন্ন-নৈননবা মফমদুদা পুল্লরিবনি।

কনফরেন্স অদুগী থীমদি "ৱুইমেন্স পারসপেক্তিবস ওন পব্লীক পোলিসি" হায়বসিনি। মরুওইবা সব থীম খরদি ট্রাইবেল ইশুজ এন্দ ৱুইমেন্স মুভমেন্ট, মুভীং বিয়োন্দ ৱুইমেন্স, ৱুইমেন্স হেলঠ, রিজার্ভেসন পোলিসি এন্দ ৱুইমেন্স মুভমেন্ট, ৱুইমেন্স ইন বিজিনেস, ফ্রীদম ওফ একসপ্রেসন, ভাইওলেন্স এগেনষ্ট ৱুইমেন অসিনচিংবনি। খন্না নৈনবগী ফল , রিকমেন্দেসন অদু পব্লিক পোলিসি শেম্বদা সরকারনা য়াওহনগদৌরিবনি।




ৱুইমেন্স পারসপেক্তিবস ওন পব্লীক পোলিসি

খন্ন নৈনবদু য়াম্না অৰাংবা থাক্কীনি। য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর, রিদর, ৱুইমেন্স ষ্টদীজ সেন্টরশিংগী ডাইরেক্টর, উকিল, রিসার্স স্কোলার, এন জি ও শিংগী মীহুৎশিং, লাইরিক হৈরবী নুপীশিংনা খন্ন নৈনবদুদা শরুক য়াই। চুন্না মশাগী মোৎ ফোঙদোকপগী ৱা নত্তে। রিসার্চ তৌদুনা, ফিল্ড ভিজিৎ তৌদুনা পুথোরকপা রিজল্টকী মতুং ইন্না, মোৎ পীবনি। ঙাংথোরকপা, মওংদু ওহ্লোক্লা ফজখ্রে। মরৈ য়েৎনৈ, ককথোক ককশিন তৌনৈ। ৱাচোয় ঙাংদুনা মতম লৌবা য়াদে। ময়ায় ফল্লিবীদুনা ৱাতেমলকই। কুংখ্রবা প্রোগ্রামশিংদু মতম চানা চানা পাঙ্থোকই। ৱারেপ লৌই।

কনফরেন্স অদুগী নীনী চনবা নুমিৎকী অহৌবদা দিলিগেৎশিংনা মাগী মাগী লমগী লোন্দা ঈশৈ অমমম শকপগী তাঞ্জা অমা পী। মনিপুরদগী চৎপা দিলিগেৎ ঐখোয় মরিনা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ অমা শকলমই। ঈশৈ হৌরমদাইদা ঐখোয়না মণিপুরবু মশক তাক্লগা শক্লিবা ঈশৈগী অর্থ, ছন্দনা জন গন মন নি হায়না ইংরাজীদা সভাদা লাওথোকলে। হিন্দি, বাংলা, তেলেগু লোন্দা ফোক সোং অতৈসু দিলিগেৎ অতৈনা শকই। ঐখোয়না শকলম্বা ঈশৈদু অসিনি।



কনফরেন্সতা ঈশৈ শক্লিবী যামিনী, মেম্মা, রহেনা, মোমোন

হৌগৎলসি মৈতৈ নূজা
য়াহৌনগ্রে ওয়া
জগৎকী নূপী পুন্না, কাখৎনগ্রে ওয়া।
চাওখৎপগী থাক্তা।
মখোয়না করি হেনবগে, ঐখোয়না করি য়াংপগে
মনিপুর ইমানি।
সতী কন্যা, থোইবী, টিকেন্দ্রজিৎ পাউনা পোক্লিবী মনিপুর ইমানি।
হৌগৎলসি মৈতৈ নূজা ...।

নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদনা দান্স বেলে অমা উৎলি। দান্স অদুগী থীমনা " বার এন্দ পীস" হায়বসিনি। বেলে অদুগী স্ক্রিপনা ভোলগানা অদুগা পুথোকপনা লাস্য প্রিয়া টুপনি। অসমিতা রিসোর্স সেন্টর ফোর বুইমেন্সকী কলাকার ১৫ না কুচু পুড়ী জগোয়না বার অমসুং পীসকী থীম অদুবু ফোংদোক্লুনা হাইদ্রাবাদকী ললিত কলা থোরানমগী ওপন এয়ার ওদিটোরিয়মদা ভাবোক লীশিং মগারোমদু চেক মোক লাওহন্দনা ময়ামু শুমহৎতুনা পুং ২ রোম থমখি।

কনফরেন্স লোয়শিনবা নুমিৎতুদা ময়ামগা কায়নরে।

ঐখোয়দি হাইদ্রাবাদ সহরগী মরুওইবা মফম খরা য়েংলুসি হায়দুনা হাইদ্রবাদকী এপোল্লো হোস্পিটালদা ডাক্টর তম্বা নিরোদ কুমারবু চৎমিন্নসি হায়না হৌরে। মফমদুদা চহী ৫ হেন্না লৈরদুনা তেলেগু লোল খঙবত্তা নত্তুনা মফমদুবু খঙলবা মৈতৈ মচা অমগা লোয়নবদু ঐখোয়দা য়াম্না খুদোংচবা অমা ওইখি। ডা: নিরোদ কুমার কৈশামপাংতা লৈবী ঐগী ইমান্নবী বাসন্তিরানীগী মচা ইবুংঙোনি।

এপোল্লো হোস্পিটালদুদা নর্সিং তম্বা মৈতৈ নুপী মচা খরসু ঐখোয়গা থেংনদুনা মখোয়গী লৈফমদা চঙলে। মৈতৈগী ইনশাং থোংদুনা চাক চামিন্নসি হায়না খাগ্রে। মেম্মা, রহেনা, মোমোনদি মখোয়গী লৈফমদুদা চাক থোংদুনা চামিন্নবা লৈহৌরে। ঐদি এপোল্লো হোস্পিটালদা মাষ্টর হেল্‌থ চেক অপ তৌরগে হায়দুনা নিরোদ কুমারবু হোস্পিটালদা থিলহল্লে। ঐনা তাখি - চহী ১৫ মুক্কী মমাঙদা দাক্টর প্রতাপসি রেদ্দী কৌবা কার্দিওলোজিষ্ট অমনা কালিটি হেল্‌থ ক্যার সেন্টর অমা লিংখৎকে হায়না লেপখি। অদুগী মতুং ইন্না এপোল্লো হোস্পিটাল গ্রুপ অমা ভারতকী মফম কয়াদা

লিংখৎলি। অদুগী পান্দমদি মীওইবগী মীনুংশিগা লোয়ননা মেদিকেল সাইন্সকী অয়েবী লায়েং, খুদোং চাবা মীশিংদা ফংহনবনি। ওসিদি ভারতকী অচৌ-অচৌবা সহরশিংদা এপোল্লো হোস্পিটাল লৈশ্রে। হোস্পিটালশিংদুদা অখননবা লায়নাগী মখল ৫০০ দগী হেনবা য়েংনবা হৈরে হৈরবা দাক্তরশিং লৈ। নারক্লগা লায়েংববুদি নাম্রিঙেদো হকচাংগী ফিভম য়েংথোক্নুনা লৌখৎপা য়াবা চেকশিন থৌরাং লৌখৎনবা মাষ্টর হেল্‌ঠ চেক তৌবগী প্রোগ্রামসু হোস্পিটালশিংদুদা লৈ।

ঐহাক ইশাগী চহী ৬৫ শুরক্লবা অসিদা মাষ্টর হেল্‌থ চেক তৌথোকহৌরগে খন্দুনা নিরোধকুমারগী মতেং লৌদুনা হোস্পিটালদুদা চংলে। নুপী মচাশিংদুনা লৈরিবা মফমদু জরনেলিষ্ট কোলোনী হায়বদুনি। অদুদগী খরদং চংলগা হোস্পিটালদু লৈরে। য়াম্না লু নাল্লি। হকচাংগী হার্ট, লংস, কিদনী, ইউটরসনচিংবা য়াম্না কুপ্না চেক তৌই। ঈ লৌবা, ই সিজি, ঈশিং লৌবা লোয়রবা তুংদা ঐহাক হোস্পিটালগী কানটিনদুদা অয়ুক্কী চাকলেন চারে। অন্দরগ্রাউণ্ড ফ্লোরদা লৈরিবা কানটিননি। মদুদা মী অতৈসু, লনচ, স্নেক্স চাদুনা লৈরমই। নহা নুপামচা মফি নান্না শেৎপা, এপ্রোন লিৎপশিংনা সেবারী ওই। মখোয়না চাক-ইনশাং য়েনবা খোৎপা তৌই। মদু হোসপিতালদুগী ফজত্রবা থৌশিল মওংনি।

নুংথিলদদি ঐখোয় পূন্না সাইটসিইংগীদমক চংমিন্নরে। হাইদ্রবাদতা কনফরেন্স য়াওবা লাকপদা লমদমদুগী ফজবা মরুওইবা মফম য়েংবা হায়বসি কান্নবা অমনি। কনফরেন্স য়াওবা লাকপগী কান্নবগী মতাংদা ঐখোয়না লৈরিবা মনাঙী গেষ্ট হাউসকী মেনেজরগা ঐগা বারী শাবদু নীংশিংলকই।

"মনিপুরদগী হাইদ্রাবাদ য়ৌবদা নুমিৎ কয়ানি চংবগে ? করম্না লাকপগে ?" মেনেজরনা হংই।

"এরোপ্লেন্না কলিকাতা ফাওবা লাকলগা নুমিদাং অমা লেক্লে। মথংগী নুমিৎতগী ফল্লুকনামা এক্সপ্রেসনা নুমিৎ নীনী অমগা।"

"পৈশা কয়া চংঙি ?"

"এরোপ্লেন ভাড়া, টেক্সি ভাড়া, ত্রেনগী ভাড়া লৈফমগী, চাবগী, কুলি ভাড়া পুন্না ফনা য়ামই"।

"পৈশাদু কনানা পুথোকপগে ?"

"লম্নাইনি। কনফরেন্স অসিসু নুপীশিংনা শেল খায়নরগা নুপীগী চাওখৎপা, য়াইফবা পুরক্লবা শিনবনি।" শেল তিংলবসু মফম অমদা মতম অমদা ভারতকী ষ্টেট অতৈদগী তিল্লবা মীওইশিংদুগা লৈমিন্নবা, উন্নদুনা ৱারী শাবা খন্ন-নৈনবা ফংহল্লিবনি কনফরেন্স অদুদা য়াওরবদা। অদুগীসু মথক্তা হাইদ্রাবাদ সহর য়েংবগী খুদোংচাবসু ফংলবনি।"

অসুম্না ৱারীদু লোইশিল্লি।

টেক্সিদুনা অহানবদা ঐখোয়বু পুদুনা চৎপা মফমদু সাইবর টাৱার অমসুং শিল্পারমন হায়বা ক্রাফট সেন্টর অদুদনি। অনীমকতু নক্লনা লৈরে। সহরদুদা বিজ্ঞান অমসুং মহৌশা অনীনা খুৎশম্নবা লৈমিন্নে হায়বগী খুদম অনীদুনা উহল্লে ঐখোয়দা।

সাইবর টাৱার অদুদি সাইন্স সিটি হায়বদুনি। টাটা, বিরলা, বাজাজ অমসুং ফোরেনগী মলটি নেসনেল কম্পনীশিংগী অফিস মফমদুদা লৈ। কমপ্যুটরগী মতেংনা মফমদুগা পৃথিবী গী মফম অতৈগা মীকুপ্তা পাউ ফাওনৈ।



শিল্পা রামনগী থাঙপাৎ মপান্দা

মদুগা হেক থংনবদা "সিন্না রমন" হায়না মিংথোনবা খুৎশা হৈবগী খুঙ্গংগী শক্তমদু উরে। খুৎশেমগী মতেংনা থায়নদগী লৈরকপা রাজাষ্টানগী খুঙ্গংগী শক্তমদু কায়দনা মফমদুদা শেমদুনা থমই। হোজংদুদা লৈরিবা শাদুনা থম্না রাজাষ্টানগী ফিজোলদা নুপী অনীনা অহিংবা মীগী মতৌগুম অরাকপবু তরান্না ওকই। মনিংগী চীংমায় অদুদা নটরাজগী য়োংনা শাবা ফজরবা মুর্তি অমা উই। পাক চাউরবা লমপাক অদুদা খুৎশেমগী পোংশক কয়া মচি মচিদা শেমগৎতুনা থম্রি। মীশিংনা লৌ উদুনা লৈবা শক্তম, চফু শাদুনা লৈবা, পোখাফম খাঙপোক, নিংথিজরবা হৈকোল- লৈকোল কয়া মদুদা লৈ। থা মচেৎ শানা শেমদুনা লৈরিবা থাজপাৎ অদুদা হি মচা মচা থাদদুনা থমই। হি হোন্দুনা ঙহাক শান্নগে হায়রবসু লুপা অনী পিবা টিকেৎ অমনা য়াই হায়না ইদুনা লৈ। অদুবু অতৈ মফমশিং য়েংবদা থেংথিনি হায়দুনা মদুদি তৌদ্রে। ঙহাক ফমদুনা পোখারগা হল্লকই।



শিন্না রমনগী লম্পাক্তা

ঐখোয়না য়েংনিংবদি মরুওইনা চারমিনার অমসুং সালারজং ম্যুজিয়মনি। মতম অমদা মণিপুরদা চারমিনার হায়বা চুরুট অদু মীশিংনা য়াম্না পাম্না শিজিন্নরমই। চুরুট উপু অদুগী মখুমদা য়েকলিবদু হাইদ্রাবাদতা লৈবা চারমিনার হায়বদুনি হায়বসি ঐনা

পিকলিঁগুদগী হৌনা খঙলবনি। লাইরিক অস্রকপদগীদি চারমিনারগী মরমদা খরগা হেন্না খঙলবগুম তৌই। চারমিনরদি খৃ: ১৫৯১ দা মফম অদুদা প্লেগ লায়না শন্দোরকপদগী মীয়াম পাকতক্লনা শিখিবা নীংশিংননবা সহরদুগী ময়ায়মক্তদা শাখিবনি *নীংশিং ফুরা ওইনা।* অতোপ্পা মোৎ অমনদি অসুম্না হায় — খৃ: ১৫৯১ দা মহম্মদ কুলী কুতুব সাহনা মাগী নুপী হিন্দু নিংগোল ভাগমতিবু ইকাইখুম্নবা উৎতুনা শাবা ফুরানি। মিটর ৫৩ ৱাংবা ফুরা অসিগী মথক থংবা ফমথক অমসুং চুথেকশিংদা মসজিদকী



চারমিনার

চুরাংগুম্না কালোকশিং লৈরি। মদু কুতুব সাহী আরকিটেকচর ষ্টাইলদা শাবা যুমশা মওংনি।

সালারজং মিউজিয়ম হায়বসিদনা নাবাব সালারজং III না মদোমতনা খোমজিন্দুনা থনম্বা তাংলবা মমল য়াম্রবা পোৎশক থম্রি। নবাব সালারজং III দি মতম অদুগী খ্বাইদগী ইনাক খুনবা মীশকনি, কলা সংস্কৃতিদা খোয়দাজবা মীওইনি। মহাকনা কলাগা মরী লৈনবা পোৎচৈ ৩৫০০০ হেন্না খোমজিন্দুনা ম্যুজিয়ম অদুদা থমলমই। মদুগী মনুংদা হীরা, মনি, মুক্তা, অয়েকপা লাই, সনা লুপাগী লৈতেং, থাং, পারসিগী



**মক্কা মসজিদ, হাইদ্রাবাদ**

খুৎইদা ইবা লাইহিরিকশিং য়াওরি। লোয়ননা শামু ময়াদগী হকতুনা শাবা চৌকী, মহিশুরগী টিপু সুলতানগী কোকয়েৎ, নুরজাহানগী নিংথিজরবা থাংশাং, মেরী এনটোনেৎকী ড্রেশীং টেবলনচিংবা য়াওরিবনি।

সহরদুগী মমিং চৎপা য়েংবা য়াবা অমনা ভারত্তা খ্বাইদগী চাউরবা মক্কা মসজিদ লোয়ননা জমা মসজিদনি। মক্কা মসজিদতি খৃ: ১৩১৪ দগী কুতুব সাহী সুলতাননা শাবা হৌখিবনি। লোয়শিনখিবনা মুগল নিংথৌরেল ঔরঙ্গজেবননি। মী লিশিং তরা হেন্না চনবা মসজিদ অদু শাবদা চহি চামা চংবনি। অদুগুম্বা সহরগী [illegible] জবশিংদু য়েংলুরনি হায়বগী নুংঙাইবা ৱাখলগা লোয়ননা ঐখোয়[illegible]বা চত্থরে।

নুমিৎঅদুদা হাইদ্রাবাদতা "জন্ম ভুমী" হায়না খ[illegible]বা অচৌবা থৌরম অমা পাঙ্থোকলম্বা থেংনরে। স্কুল কোলেজগী মহেরোই ম[illegible] [illegible]খোয়গী স্কুল কোলেজগী ওজাশিংগা লোয়ননা মাগী মাগী ইউনিফোর্ম শেৎতুনা সহরদু শিঙ্খুংনা লেপ্তুনা লৈরমই। টেক্সিদু তম্না তম্না চারমিনার তম্না চংশিল্লি। মপানগী শক্তমদুদি উরে। য়ৌগদৌরে হায়না হরাওরুই অদুগদি চারমিনারগী হোজংমক্তদা অচৌবা মিটিং অমা তৌদুনা লৈবা থেংনরে। ৱা ঙাংলিবদু অন্ধ্রপ্রদেশকী চিফ মিনিষ্টর চন্দ্রবাবু নাইদুনি হায়বা খঙলে। মানা ঙাংলিবদু তেলেগু লোন্দনি। ঐখোয়না মরোলদু খঙবা নত্তে। টেক্সি ড্রাইভরদুনা মানা ঙাংলিবদুগী শমলপ্না ৱারোলদু অসুম্না তমই — "অন্ধ্রপ্রদেশ হায়বা

ষ্টেট অসিনা তাল্লিবা পান্দমদি লাইরবা হায়বসি লমদম অসিদগী পুংমুং মুথৎপনি। লমদম অসিগী মীওই খুদিংনা মশা মশাগী দরকার ওইবা তঙাইফদনা চঙ্বা পোৎলমশিং ফংবা ঙম্নবা হোৎনগনি। হেন্না নুংঙাইবা, মপুংফাবা পুনসি অমা লেনবা ঙম্নবা, জ্ঞান, নোম্বা কনবা, পুকচেল শেংবা, থকসি খাসি লৈবগী ৱাখল্লোনগা লোয়ননা মীয়াম পূন্না চৎশিনমিন্নসি” অসিনি।

মাগী ভাষনদু লোইখিদ্রা খন্দুনা মতম ফন শাংনা ঐখোয় গাড়ীদা ফমদুনা লৈবনি। ঙাইবা ঙমদ্রদুনা মিউজিয়ম হান্না য়েংলুরসি হায়দুনা গাড়ী মমায় লৈরে। অদুগদি মিউজিয়মগী লম্বী অদুনা হেন্না চিল্লমলে। গাড়ীদু মখাতানা থোঁবা য়াদ্রে। ট্রাফিক জাম হায়বদুনি। পুং অনীমুক গাড়ী মনুংদুদা শাবনা প্রোক প্রোক চাক্কুনা লৈবা তাখি। থৈদোক থৈজিনগী উপায় অমতা লৈতে। উচিন নাচিন্না গাড়ীদু হুসেন সাগর পাৎ অদোমদা লাক্লে। হুসেন সাগরনা হাইদ্রাবাদকা সিকন্দরাবাদকা সহর অনীবু খাইদোক্কুনা থমই। থাপলপনা উই ভগবান বুধগী চাউরবা মুর্ত্তি অমা হুইসেন সাগরদা লৈরিবদু।

নুমিৎ থেংজিল্লক্লে। মিউজিয়মগী পোৎচৈশি কুপ্পা য়েংবগী তাঙ্গা ফংখিদ্রে। গেৎ লোনশিনখ্রে। কৈথেল লোমদা মায় ওল্লকলে। চারমিনারগী অকোয়বদা হাইদ্রাবাদকী লৈরক মচা মচা লৈরিবদুদা ফজ ফজরবা পোৎচৈ য়োনবা দুকান য়াম্না লৈ। হাইদ্রাবাদকী



সালাজং ম্যুজিয়ম

লাদ বাজার হায়বদুদা নুপীশিংগী অকে অমৌগী পোৎচৈ, খুজি, লিককোল লৈতেংগী পোৎলম য়াম্না য়োল্লি।

ঐখোয়না পারল মারকেৎ হায়বা মনি মুক্তা য়োনবা কৈথেলদু ফাওবা চৎলে। পারল মারকেৎ হায়বসি মমাংঙৈ নিজামনা পাল্লিংঙৈদগী হৌনা মমিং চৎপা কৈথেল ওইরকই। মতমদুদদি অঙম অথৌশিংনা মক্কাদা চৎপা মতমদা পারসিয়ান গল্ফতগী ফজ ফজরবা মুক্তাশিং পুরক্কগা মফমদুদা য়োল্লি হায়।

ঐখোয়না চংবা দুকান অদুগী গেৎঅ নোংমৈ পাইবা সিফাই অমনা থোং ঙাকলমই। মনুংদা চংলগদি অঙকপা সংসার অমা ওইরম্রে। মিংশেল চনবা উপুদা হাপতুনা লৈতেংগী পোৎচৈশিং মুক্তানা থাম্নবা খুজি, খুদোপ, লিক নায়ানবী ময়াম থেন্দুনা লৈ। লৈতেংগী খুৎশা মওংদু মণিপুরগী ক্যামলিকফাং, মরৈ, হৈনজোম অখায়বীনচিংবগা পুমখেৎ খৈম্নে। খুৎশাদু পামদে অদুগা মমলসু য়াম্না তাঙ্ই। ঐখোয়না অঙৌবা মুক্তাগী নাচোম মচা অমমমদি লৈরকই কোহিনুরগী মশাইগোন্দুদগী।



**লাদ বাজারগী দুকান অমা**

ঐখোয়না য়ুমদা হল্লিংঙৈদা অন্ধ্রপ্রদেশতা লৈবা মফম খরগসু য়েংখিসি হায়না লেপ্লরে। নুমিৎ অদুগী নুমিদাং পুং ৫ তাবদা ট্রেন তোংদুনা অন্ধ্রপ্রদেশকী পুতাপতী হায়বা সাই বাবগী পোক্লফম খুঙ্গংদু পাংনা খোঙশাল্লে। ❑

# প্রশান্তি নিলয়মদা

তাং ১২ গী অয়ুক পুং ২.৩০ তাবদা ধর্ম্মাভরম ষ্টেসন্দা থুংলে। মফম অদুদগী মারুটি ভান অমনা অয়ুক্কী পুং ৫ তাবদা প্রশান্তি নিলয়ম য়ৌরে।

সাই বাবা স্বামীগী লৈফমদুনি প্রশান্তি নিলয়ম হায়রিবসি। প্রশান্তি নিলয়মগী অর্থদি শান্তিগী লৈফম হায়বনি। মফম অদুদা মী লিশিং কয়ানা শান্তি ফংনিংদুনা লাক্লি। মসিগী মরমদি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা ওসিগী মীওই কয়ানা সমাজদা শেম্বুমগী, অধ্যাত্মিক্কী লমদা লম্মুক্লবদগীনি। মচি মচিদা হাৎন শুনবা, খৎনবা, লাল, হিংসা থোক্লি। অসিগুম্বা ফত্তবা লম্বী অসোমদা নৌনা হৌরক্লিবা নহাশিংনা চংশিন্দনবা, মখোয়বু অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদা চিংশিন্নবা প্রশান্তি নিলয়মদা শ্রী সত্য সাই বাবানা হোৎনবীরি হায়বসি তাবদগী পৃথীবগী লৈবাক ইউরোপ, আমেরিকা, ফ্রান্স, ইটালী, ইংলণ্ডনচিংবা লৈবাকশিংদগী অমসুং ভারতকী ষ্টেটশিংদগী কাংলুপ কয়াগী, ধর্ম্ম কয়াগী মীওইশিংনা প্রশান্তি নিলয়মদা লাকই। মফমদু য়ৌবগা ময়াম পূন্না ধ্যান তৌর্মিন্নে, লাইশোল শকর্মিন্নে, বাবাগী দর্শন তৌই, মাগী পাউতাক তাই। বাবানা তাকপীরিবনা আত্মাবু মশক খঙবা, মশানা মশাবু মশক খঙজদুনা পুন্সিদা শান্তি পুরক্লবা চংশিনগদবনি হায়বসিনি। সাই বাবাদি অখন্নবা ধর্ম্ম অমা শন্দোকপা নত্তে। মহাক্কী পাউজেলদি পুম্নমকপু নুংশিযু, পুম্নমকপু সেবা তৌ, ধর্ম্ম খুদিংমক্লা থিরিবা অচুম্বা, ঈশ্বর হায়বদুদি অমত্তনি। হিন্দু, মুসলীম, খৃষ্টান, সিখ, ইসাই ধর্ম্ম চৎপা মী পুম্নমক ইচিন ইনাওনি। অদুনা ঐখোয় খুদিংনা নুংশি-চান্ননা ঈশ্বরদা থাজবা থমদুনা ইশা ইশাগী ইথৌ তৌসি হায়বসিনি। অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসি মীয়ামদা তাকপী তম্বীনবা সত্য সাই বাবানা মাগী আধ্যাত্মিক শক্তিনা পৃথিবীগী লৈবাকশিংদগী মীয়াম্বু প্রশান্তি নিলয়মদা চিংশিল্লকই।

ঐখোয়বুসু মাগী লিচিং অসিনা ওইবা তাই মফমদুদা চংনিংবলিবদু। অয়ুক অঙনবদা য়ৌরগা ঐখোয়না অনকপদা লৈবা লোজ অমদা পোৎচৈ থমজিল্লে, ইরু মাইথজরে। পুং ৬ তাবদা মন্দির য়ৌরে। ঐখোয়না চৎপদু ফন ঙল্লে হায়না খনবনি। অদুবু মফম অদুদা হান্ননা মী লিশিং কয়া তিন্দুনা লৈরমলে। পাক চাউখ্রবা মান্দব অদুদা কুচু ঙৌবা,

অমুবা, ৱাওথাংনবা শুনা তিল্লমলে। মখোয়দু হিন্দু, মুসলীম, শিখ, জৈন, খৃষ্টান ধর্ম্ম চংপা, লোন খেন্নবা মীওইশিংনি।



মান্দবকী চংফম থোঙ

মান্দব অদুদা য়ৌবদা ভলুনটিয়রশিংনা শিন্দোক্নুনা ফমহল্লি তোঙান তোঙাননা। অনাবশিং, শোল্লবা অহলশিং, নুপাশিং, নুপীশিং। মদু শিনবদা ৱা ঙাংদে — সাই রাম হায়রগা পুক্লিং চিংশিন্দুনা খুদোল্পী থিল্লগা মফমদু তাকই। ময়াম ফম্দু পরেং নাইনা নিয়ম চুম্না ফমই। কনানা মকোক্তা, মমাংদা ফমগদগে হায়বদুনা লোটরী তৌদুনা লেপথোকই। মদুদা কনাশু শাওনদে ঙন্না লাক্লবসু থেংনা লাক্লবসু চাংয়েং অদুনা লেপ্পা তাই।

অয়ুক্কী পুং ৭ তাবদা চপ চানা ম্যুজিক অমা খোঙ্গৎলকই। লোয়ননা বাবানা তপ্পা তপ্পা খোঙ থাংদুনা মীয়াম মরক্তা লেংশিল্লকই। বাবাদা হায়নিংবা হৎনিংবা ৱারম ইবা চেলানশিনবা য়াওই। মথং মথং মদু বাবানা লৌশিল্লি। অথাপ্পদা ফম্লিবশিংনা ঙক থাঙ্গৎতুনা দর্শন ফংনবা হোৎনৈ। মদুদা তিল্লিবা মীয়ামদু চেক মোক লাউদে। মান্দবকী য়ুম্বী মখোঙদা তোংবা খুনুনা গু গু ঙংবা অদুদি তাবা ফংই।



**প্রশান্তি নিলয়ম মান্দবকী শত্তম মচেৎ অমা**

অয়ুক পুং ৯ তাবদা অমুক, সন্ধ্যাগী পুং ৫.৩০ দা অমুক বাবানা লেংথোরক্লগা ময়ামগা লোয়ননা ভজন শকপদুদা ঐখোয়সু য়াওরে।

মথংগী নুমিৎতদি মঙ্গলারতি য়াওরসি হায়দুনা ঐখোয়না পুং ২ তাবদা হৌগৎলগা ঈরু মায়থজদুনা মন্দিরদা গুস্তা য়ৌরে। থোঙ হাংলমদ্রি। ঙহাক ঙাইরে। পুং ৫ তাবদা সুপ্রভাতম, ধ্যান তৌবা, ওমকার লাওবদু য়াওরুরবা তুংদা প্রশান্তি নিলয়মগী অকোয়বদা কোয়না চৎতুনা প্রশান্তি মন্দির, বট-বৃক্ষ, শ্রী সত্য সাই হিল ভিয়ু ষ্টেদিয়ম, শ্রী সত্য সাই স্কুল কমপ্লেক্স প্লানেটোরিয়ম য়েংলে। প্রশান্তিদা অঙাংশিংবু নরসরীদগীনা ইউনিভরসিটি ফাওবা মহৈ তম্বীনবা মহৈশং লিংখৎতুনা লৈ। মফম অদুদা অঙাংশিংদা পীরিবা শিক্ষাগী পান্দমদি বুদ্ধি লৌশিং হেনগৎহনবগা লোয়ননা, মথৌ মশক খঙবা, অচুম্বা পুন্সি লেনবা, সমাজগী থবক থৌরম সেবাদা পুক্লিং চংবা, ধর্ম্ম খেন্নবগী বাখল থমদনা অমগা অমগা নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবা ঙম্নবা তাকপী তম্বীবা অসিনি হায়বা খঙলে। উরুবদা য়াম্না পুক্লিং পেনবদি সত্য সাই হোসপিতাল অদুনি। হোসপিতালগী বিলদিং দিজাইন অদুসু ইতোপ তোপই।

হোসপিতালগী অদুক চাউবা কেমপস অদু ওম্থোকনা লূনা নাননা লৈ। পিকতকপা লৈকোল মচা মচা শেমদুনা লৈ। মদুদা লৈশু ফজনা শাৎলি। লৈকোল মরক্তা লাইগী

মুর্ত্তি থিল্লি। হোসপিতাল মনুংদা চংলগনা হেন্না নান্না লৈবা থেংনরে। মরক মরক্তা বাবানা লেংলক্তুনা হোসপিতালগী লূ নানবদু য়েংশিল্লি হায়। হোসপিতালদু শাবদা আমেরিকা, জর্ম্মন, ফ্রান্স, ইটালীনচিংবদগী শেলগী মতেং পাংলকপদু মী মমিংগা কোন্ননা চংফমদা থেংতুনা লৈবা থেংনৈ।



**সাই বাবা হোসপিতাল**

হোসপিতাল অদুগী থোইদোক হেন্দোকপা থবক্তি লাইরবা প্রজাশিংবু য়াম্না হৈখ্রবা ডাক্তরশিংনা লেম্না লায়েং পীবা অসিনি। হার্টকী ওপরেসন অমা তৌবদা লুপা লাখ ৪/৫ চংবদু সাই বাবা হোসপিতালদুদদি লেম্না শেল তিংদনা তৌরিবনি।

প্রশান্তি নিলয়মগী মন্দিরগী অকোয়বদুদা মী থুংফম গেষ্ট হাউস পরেং শাদুনা লৈ। ফোরেনরশিংগীনা নাকল অমরোমদা লৈ। লাক্লিবা মীশিংগী চান্ন থক্লবগীসু আশ্রমদুদা অদুম শিল্লি। ঐথোয়না লুপা ৬ পিবা টিকেৎ অমা ককলগা কিউদা লেপ্তুনা লৈ দাইনিং হোলদুগী মনাক্তা। ভলুনটিয়রশিংদুনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমদগীনি। মানা মানা ওন্না, হৈনবা থবক্তা আশ্রমগী থৌদাং পুরবনি। অদুম্না সেবা তৌরবা মীশিংদুবু

বাবনা আশীবাদ পী হায়। ভলুনটিয়ার ওইদুনা সেবা তৌজগে হায়দুনা ভারতকী মফম কয়াদগী ভক্তশিং লাকনৈ।



হোসপিতালগী বিল্ডিংগী চিদাই অমা

ঐখোয়না সত্য সাই বাবাগী লাইরিক য়োনফমদুদা চংলে। লাইরিক খর লৈরে সনাতন সারথি কৌবা থাগী চেফোংদুগী সবস্ক্রাইবর ওইগে হায়দুনা শেল থিরে।



হোসপিতালগী কেম্পসতা

লৈরকপা লাইরিক্তু পাবদগী খণ্ডই মদুদি পুতাপতীদা লৈরিবা প্রশান্তি নিলয়ম হায়না খঙনবা সত্য সাই বাবাগী লৈফম অসিদা চাওরাক্লা মী ৯০০০ রোম লৈ। লমদম অসি সমুদ্র ইমায়দগী মিটর ৮০০ রোম ৱাংই, লোংগীচুদ দিগ্রী ৩২° E নি। মফমদুগী শাবগী চাংনা ৪৫° C নি, অইংবনা ৩২°C নি। দিসেম্বর, জানুৱারীদদি ক্লাইমেৎসি নুংঙাইরগা আগষ্টতগীনা নভেম্বর ফাওবনা নোং য়াম্না তাবা মফমনি।

মতম অমদদি পুতাপতী হায়বা খুঙ্গং অসি য়াম্না শোখনা, চাওখৎপগী মঙাল য়ৌদনা লৈরম্বা মফমনি। লমদমদুদা লীল কাং, নাপী শিংবীনা থন্না লৈবনি। খোঙনা নৎত্রগা ষণ গাড়ী, শগোল গাড়ীতনা চখোক চৎশিন তৌনরম্বনি। মফমদুদা থক্লবা ঈশিং ফংবদা ৱানরম্বনি। অদুবু ঙসিদি সত্য সাই বাবানা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক থবক থৌরম কয়া লৌখৎপীরে। চখোক-চৎশিনগী লম্বী থোঙ নিংথিনা শেমগৎলে। ভারতকী মফম অতৈগা শমজিন্নবা বস, ট্রেন চেনবা লম্বী, এরোপ্লেন তাবা য়াবা এয়ারপোর্ট লৈরে। লুপা ক্রোর ২০০ হেন্না চংনা ঈশিংগী প্রোজেক্ত অমা লৌখৎতুনা খুঙ্গংগী প্রজা মীয়ামদা থক্লবা ঈশিং ফংহল্লে। লবুক লমহাং পুম্নমকসু মঁহে মরোং চুমহল্লে। প্রশান্তি নিলয়মবু স্বাইদগী ফজরবা পুক্লিং হুরবা লৈকোল অমগুম শেমগৎলে। লৈকোল অসিগী ইংলবা নুংশিবা লৈনমনা পৃথীবীগী মফম খুদিংদা শন্দোক্তুনা পৃথীবীদা শান্তিগী পাউজেল য়ৌহল্লি।



পুতাপতী সহর

পুতাপর্তী খুঙ্গংবু শেমগৎতুনা ওসিগী পৃথীবীসিগী অধ্যাত্মিক কোনুং ওইহনখিবগী মরমদি সত্য সাইবু পোকচবী পলেম ইস্বরামানা মচাইবুংঙোদা মাগী পোক্লফম থাদোক্লুনা চৎখিদনবা হায়বদগীনি। খৃ: ১৯২৬ কী নভেম্বর ২৩ দা পুতাপর্তী খুঙংদা পোকলবসু ঈশ্বরগী শক্তি চেনবা মচানুপা অসিনা মীওইবগী, সংসারগী য়াইফনবগীদমক্তা চহী নৌনা ময়ুম থাদোক্লগে হায়না চিঠি ওইনা ইদুনা ইমুং মনুংদা খণ্ডহল্লমই। সিদ্ধার্থনা ভগবান বুদ্ধ ওইখিবা, নিমাইনা ভগবান গৌরাঙ্গ ওইখিবগী বারী লৈখি। মখোয়না মীওইবগী জীবগী কান্নবগীদমক ময়ুম মকৈ থাদোক্লুনা সন্যাসী ওইখি। অদুবু সত্য সাই বাবাদি পলেম ইমাগী য়াথং ইন্দুনা পোক্লফম লমদম থাদোকখিদে। মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক মফম অদুবু অধ্যাত্মিক্কী কোনুং ওইনা শেমগৎখিবনি।

সত্য সাই বাবানা মাগী অধ্যাত্মিক্কী ভক্তিনা মঙোন্দা চংজবা মীওই কয়াগী অনাবা, অৱাবা কোকপীরি। পৃথীবীদা শান্তি পুরক্লবা মহাক্লা কন্না হোৎনবিরি।

সাই বাবানা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক মহৈ হৈহনবগী, পুক্লিংগী হকচাং যননবগী, অধ্যাত্মিক্কী লমদা অওনবা পুরক্লবগীদমক হোৎনরিবা শেমগৎপিরিবা ময়াম অদু উরুবদা মতিক মগুননা থল্লবা মীওই মরক্তগী অহেনবা সত্য সাই বাবাদি পুজা তৌবদা মতিক চাই। তাং ১৩ গী সন্ধ্যাগী ভজন য়াওরগা শান্তিগী লৈকোন্নুংদদগী ঐখোয় খোঙশাল্লকই। ❑



# টিরুমালাই চীংদোলদা

ধর্ম্মাভরমদগী ট্রেননা খোঙশাল্লকপনা অন্ধ্রপ্রদেশকী টিরুপতিদা জানুৱারী ১৪গী অয়ুক অঙনবদা থুংলে। ষ্টেসন মনাক্তা লৈবা শ্রীবালাজি লোজ হায়বদুদা পোংথৈ থমজিল্লে। মফমদুদা ইরুমাইথজরগা টেক্সিনা টিরুমালাই চীংদোল য়ৌরে, ভেঙ্কটেশ্বর স্বামী দর্শনগীদমক।

টিরুপতিগী টিরুমালাই চীংথক্তা ঙাহোইরিবা, শ্রী ভেঙ্কটেশ্বর ইবুংঙো মাবু অমুক্তা দর্শন ফংজগে নিংজরকপা কুইরবনি। খা ভারত্তা চৎপগী তাঙ্গাসু অমুক অনীরক ফংখ্রবনি অদুবু মফমদু য়ৌবগী খুদোংচাবদি ফংখিদে। অসুম্না হায়নৈ ইবুংঙো মানা কৌরকত্রবদি মাগী দর্শন ফংবা ওইথোকতে। হন্দক বুইয়েনস কনফরেন্স অমা য়াওবা অন্ধ্রপ্রদেশ য়ৌরকপসিদা ইবুংঙো মানা থৌজালবিরমল্লে হায়না পুক্নিংদা খল্লে। ইবুংঙো মাবু দর্শন ফংনিংবশিংনা চীংলোন তরেৎ লান্দুনা লাক্লগা মফমদুদা য়ৌবা তাই। চীংদোল তরেৎকী মপুনি হায়দুনা লমদমদুগী মীশিংনা মখোয়গী তেলেগু লোন্দা ইবুংঙো মাবু মিংথোল্লি "য়েদু কোন্দালা বাদু"। চীংদোলশিং অদুগী মমিংদি (১) সোয়াচেলম (২) বেদাচলম (৩) গরুড়াচলম (৪) বৃশাবদ্রী (৫) অঞ্জানাদ্রি (৬) আনন্দগীরি (৭) ভেঙ্কটাচলম অসিনি।



মন্দির য়ৌবা টিরুমালাইগী চীংলম্বী

মতম কুইনদগী নিংজরকপা ইবুংঙো মাগী দর্শন ফংলনি খল্লুবদা পুক্লিং মকা লাম্না চৎলে। পুক্লিংদা নীংশিংই সুত মহর্ষিনা অতৈ মুনিশিংদা লীখিবা ভেঙ্কটেশ্বর স্বামীগী ৱারীদো।

বাংলবা চীংদোলদুদা সনাগী তাংবলদা ঙাছোইরিবা ইবুংঙো মাগী ৱারীদি অঙকপা, নুংশিবা, খঙনিংবা নুংঙাইবনা থল্লি। দ্বাপুর যুগ লোইশিল্লক্রবদা কৃষ্ণ অবতারগী লীলাসু লোইশিল্লকলে হায়বা দ্বারকাগী মীশিংনা খঙলে। মমা যশোদানা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জে – ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা, নংগী অবতারগী যুগ লোয়রে হায়না মীয়াম্না ঙাংনরিবসি চুম্রা ? পীকিলিঙৈদগী ইমানা নংবু নুংশিনা য়োকচরকপনি। অদুবু নমা ঐনা নংগী লুহোংবা উদবা তারব্রা ?

কৃষ্ণনা মমাদা অসুম্না পাউখুমজরকই – "ৱাবীরুনু ইমা। কলিযুগতা ঐহাক ভেঙ্কটেশ্বর ওইনা অবতার তৌগনি। মতমদুদা ইমানা ঐবু লুহোংবিগনি।"

কলি যুগ য়ৌরক্লে। পৃথিবীদা শান্তি লৈত্রে। মফম খুদিংদা হাৎন শুনবা, মীনুংশিং য়াওদবা থৌদোক ৱাথোক ঙাক্তা ঙাইরে। মীনুংশি খঙদবা মীশিংনা অশোন অনাবু ওৎপী নৈবীবা হেনগৎলক্লে। অকনবনা অচুম্বা শক্লে। ধর্ম্মবু হিঙ্গৎহন্নবা, ফৎত্রবা মীশিংবু মাঙহন্নবা, পৃথিবীদা অমুক হন্না শ্রীবিষ্ণুনা ভেঙ্কটেশ্বর স্বামী ওইনা অবতার তৌই হায়বসি সুত মহর্ষিগী ৱারীদুদগী খঙবা ঙমই।



ত্রিরুমালাইদা লাক্লিবা যাত্রিকশিং

মতৌ করম্না টিরুমালাই চীংদোলদা ভেঙ্কটেশ্বরনা মুর্ত্তি ওইনা লৈখিবনো হায়বগী মখা তাবা ৱারীদি – সংসার অসিদা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক্তা কাশ্যপ মুনিনা গঙ্গা তুরেল মপান্দা যজ্ঞঅমা পাঙথোকখি। যজ্ঞগী পুর্নাহুতি পীনবগীদমক ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরদা হায়জরুনবা নারদ মুনিনা হায়জদুনা ভৃগু মুনিবু থাখি।

ব্রহ্মদা হায়জরুনবগীদমক ভৃগুনা সত্য লোকতা চৎখি। অদুবু ব্রহ্মানদি মদুদা থৌওইনা তৌবীরক্রে। ভৃগুনা কৈলাসতা অমুক চৎতুনা শিব মহাদেবদা হায়জরুই। মদুদা শিবনা মাগী নুংঙাইবা হরাও তয়াম্বদা অপনবা পিরে হায়দুনা ভৃগুদা য়াম্না শাওরকখি। বিষ্ণুদা হায়জরুনবনা অমুক ভৃগুনা বৈকুন্ঠদা চৎখি। মতমদুদা বিষ্ণুদি শেয সয্যাদা চেপ্তুনা লক্ষ্মীনা সেবা তৌদুনা লৈবা থেংনরুরে। ভৃগুনা মঙোন্দা ব্রহ্মা অমসুং শিবনা তৌরকপা ব্যবহার অদুগুম্না তৌরকদবোই খল্লুরে। শাওনিংমনগ্রদুনা ভৃগুনা চেনশিন্দুনা বিষ্ণুগী থবাক্তা খোঙপাকনা কাওরুরে। শ্রী হরি বিষ্ণুনা মদুদা শাওবদি লায়রদুনা ভৃগুগী মখোঙদু নানবীরগা অসুম্না হায়রমই – "মুনিগী খোংলবা খোঙসি ঐগী থবাক্তা শিরিবা লীককোল অসিনা শোকহল্লমলনি।"

মদু উবদা লক্ষ্মীদি ৱারৌবনা খম থেংলে। ভৃগুবু দণ্ডি পীনবা লক্ষ্মীনা হায়জরে। অদুবু শ্রী বিষ্ণুনদি য়াদ্রে। দণ্ডি পীনবগী মহুক্তা মাবু ঙাকপীরগা গঙ্গা তোর্ব্বান্দা চৎতুনা কাশ্যপ মুনিগী যজ্ঞ অদুগী অবোইবা মহয় অদু পীবিখি।

তাইবংপানপুম্বগী লোক ১৪ গী মবুংঙোনি হায়না জীব পুম্বনা পুজা তৌনরিবা শ্রী হরিবু মাগী মমাংমক্তদা খোঙপাক্লা কাওবা হায়বসি মাবু ইকাইবা পীবনি হায়না লক্ষ্মীদি অসুক্কী মতিক শাওগ্রে অদুনা বৈকুন্ঠ থাদোক্লুনা চৎগ্রে। শ্রী বিষ্ণুনা থাম্বদা য়াখিদ্রে। কোলাপুর কৌবা মফমদা ধ্যান তৌদুনা লক্ষ্মীনা লৈখি।

লক্ষ্মী লৈত্রবদা বৈকুন্ঠদা মীপুম খুদিংমক অৱা অনংবা থেংনরে। মফমদুদা লম্থুম লৈত্রে, চাক তাঙবা থোকলে।

শ্রী হরিসু হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবগী ঈপাক্তা তাদুনা লৈরে। লক্ষ্মীবু থিবদা ফংবা ঙমদ্রে। শ্রী হরিনা লক্ষ্মীবু থিবদা টিরুপতি হায়বা লমদমদু য়ৌরকখি। বিষ্ণুনা ভগবান ভরহাস্বামীদগী লম মচেং অমা নিদুনা ভেঙ্কটেশ্বর ওইনা লৈখি। মথংগী মপোক্তা

যশোদা দেবীনা বকুলাদেবী ওইনা পোকখি। মহাক্না শ্রীহরিগী ভক্ত ওইনা মহাক্কী মিংলেন শোন্দুনা, ভজন, কীর্ত্তনদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈখি। মতুংদা মমামচা উন্নখি অমসুং হৌখিবা মপোক্কী ৱারী নীংশিংখি। বকুলাদেবীনা ভেঙ্কটেশ্বরবু শ্রীনিভাস হায়না কৌদুনা নুংশিনা সেবা তৌদুনা লৈমিন্নখি।



ভেঙ্কটেশ্বর স্বামী

নীংশিংবা য়াই ত্রেতা যুগতা শ্রীহরি মহাবিষ্ণুনা রাম ওইনা অবতার তৌখি। রামনা রাবনবু হাৎলবা তুংদা সিতাবু মৈদা ইকতুনা সতী চাংয়েং তৌবদুদা অগ্নীদেবনা সিতাগী মহুৎ বেদবতীনা শিন্দোকই। সিতাবুনা মাগী নুপী স্বাহাদেবীদা শিন্নদুনা চেকশিন্না থমখি। সিতাগী সতী চাংয়েং তৌবা মফমদুদগী অগ্নীদেবনা সিতা অনী পুদুনা থোরকখি। অগ্নীদেবনা রামদা বেদবতীবুসু লুহোংদুনা লৌ হায়বনি মদুদা রামনা হায়খি "ঐহাক্তি নুপী অমত্তমক থিগনি হায়না ব্রাশকখিবনা মদু মপোকতুগীদি ওইথোকতরে। মথংগী মপোক কলি যুগতা বেদবতীবু লুহোংদুনা লৌগনি।" বেদবতীনা অগ্নীদেবদা চংজখি। কলি যুগতা বেদবতীনা পদ্মাবতী ওইনা পোক্লরে। শ্রী নিভাসনা নোংমা জঙ্গলদা চৎপদা পদ্মাবতীগা উন্নরে। হৌখিবা মপোক্কী ব্রা নীংশিংনরে। মমাইবেম্মা বকুলাদেবীনা পদ্মাবতীগী মপাবুং আকাশ রাজুদা হায়জদুনা মখোয় অনীবু লুহোংবীরে। অদুগী তুংদা শ্রীনিভাসনা মমাইবেম্মা বকুলা দেবী, পদ্মাবতীগা লোয়ননা আগষ্ঠ মুনিগী আশ্রমদা থা ৬ লৈমিন্নখি। মতুংদা থোন্দামন কৌবা শ্রীহরিগী ভক্তদুনা সেসাচলমদা মন্দির অমা বিশ্বকর্ম্মাগী মতেং লৌদুনা শাখি। ব্রহ্মা, মহেশ্বর অমসুং লোক অহুমদা লৈরিবা দেবতা পুম্নমকপু বার্তন তৌদুনা অফবা নুমিৎ অমদা সেসাচলমগী আনন্দ নিলয়মদুদা শ্রীনিভাসনা হোংজিন্দুনা লৈখি।

শ্রীনিভাসনা পদ্মাবতীগা লুহোংবগী পাউ অসি নারদনা লক্ষ্মীদেবীদা খঙহল্লুরে। ব্রারৌরবা লক্ষ্মীনা সেসাচলম তান্না লাক্লে। লক্ষ্মীগা পদ্মাবতীগা খৎনরক্লে। শ্রীনিভাসনা মফমদুদগী তুমিন্না হন্দোকখ্রগা মুর্ত্তি ওইনা লৈখ্রে। লক্ষ্মী অমসুং পদ্মাবতী অনীমক মুর্ত্তিদুগী নাকলদা কপ্পুনা লৈখ্রে। মুর্ত্তি ওইবা শ্রীনিভাসনা লক্ষ্মী অমসুং পদ্মাবতীদা হৌখিবা মপোক রাম অবতার ওইরিঙৈগী ব্রারী নীংশিংহল্লে। অদুনা কনানা কনাবুসু ব্রারৌবা চুমদে হায়বসু খঙহল্লে। অদুগা লক্ষ্মীদা হায়জরে— "ঐগী থবাক অসি ভৃগুনা খোঙপাকনা কাওখিবদগী মাংথোকপিদুনা লৈরবনি। মসিবু শেংদোকপিননবা নহাক্না ঐগী থবাক্তা লৈতেং ওইদুনা লৈবীয়ু।" মদুদা লক্ষ্মীসু পেঞ্জরে। অদুদগী হৌনা ভেঙ্কটেশ্বরগী য়েৎথংবা থবাক্তা লক্ষ্মীনা ওইথংবদনা পদ্মাবতীগী শক্তমদা লৈতেং ওইদুনা লৈখরে। শ্রীনিভাসনা মশামক পদ্মা সরোবরদা লৈদুনা ভক্তশিংদা মঙ্গল আশীবাদ পীবিরি। নুমিদাংদনা আনন্দ নিলয়মদা হল্লক্তুনা বিশ্বকর্ম্মনা শাবা মন্দিরদুদা লৈ। বকুলাদেবীনা মচানা মুর্ত্তি ওইনা লৈখিবদুদা কপচখি। শ্রীনিভাসনা তাকপীবা মতুংইন্না বকুলাদেবীনা তুলশি পরেং ওইনা ভেঙ্কটেশ্বরগী ঙকশমদা লৈতেং ওইনা লৈহন্দুনা অরান খুভম ফংজখি।

ভেঙ্কটেশ্বরনা মফমদুদা লৈথিবগী ৱারী অসি নীংশিং নীংশিংদুনা চৎপনা চীংদোলশিংদু মথং মথং লাহোকলে। থেকনা খোয়না চেনখৎলি টেক্সিনা। লম্বীগী নাকলদা হৈ লৈ পাম্বীনা নিংথিজরবা বন ওইনা শেমদুনা লৈ। অদুগুম্বা বনশিং অদু লাইগী, মুনি ঋষিশিংগী মীংদা থোল্লি, খুদম ওইনা কপিলা বন, সরস্বতি বন অসুম্না। টেক্সিদুনা ৱাংলবা চীংদোলদু তম্না য়াঙনা থৌগৎলকই। উফুল ৱাইফুল থাংদে। লম্বীগী নাকল অনীমক্তা য়োৎকী অমসুং নুংগী রেলীং ফজনা খাদুনা থমই। অঙম্বদগী ওন্থিনি হায়বা থোইনা চিংনরুদে। গাড়ীশিংনা লমশাং চৎলকপদা শাগৎলক্কনি অমসুং মদুবু ইংথহন্নবগী থৌরাং ওইনা চীংচেপ চিংচেপতা রেদিয়েটর থমই। পুন্নমক অদু শেমগৎ শাগৎলিবিনা টিরুমালাই টিরুপতি দেবাস্থনম ট্রষ্টননি। ঐখোয়না তোংলকপা গাড়ীদুসু অদুগুম্বা মফম অমদা চৎদুনা ঙহাক ইংথহল্লি।



টিরুমালাই মন্দিরগী হোজং

অদুগা অমুক গাড়ীদুনা অৱাংবা চীংদোলদা লৈরিবা লাইফম য়ৌননবা থৌগৎলি। অসুম অসুম ৱাংখৎলকপদা লৈচিলগী মথক্তা পাইরবগুম ফাওই। নাকলদা য়েংথোকলুবদা



গেটকী নাকলদা লৈরিবা পার্থ সারথিগী নুংঙৌগী মুর্ত্তি

প্রকৃতিগী ফজরবা দৃশ্য, খারোমদা য়েংথরুই টিরুপতি সহরগী খুৎশেমগী নিংথিজশ্রবা শক্তমদুনা ঐখোয়গী পুক্লিংবু শুমহৎলি। মহৌশা লাইরেম্বীনা অশংবা রেসম ফুরিৎ থোল্লদুনা জগোয় শাবগুম উই। অতিয়াদা লৈচিলনা শাংথ লেংথনা লৈপ্রি। লৈচিলনা মশাগী ফজরবা শকলোল কয়া উখোকলি। কাপথোকলবা লশিংবু প্রকৃতি লাইরেম্বীনা শরা শন্না চাইথোক্কুনা শান্নরি।

চাউরবা গরুড়গী মুর্ত্তি খিল্লিবদু উবদা মন্দিরগী গেৎ লানশিল্লে হায়বা খঙলে।

নাকল অমরোমদা নুংঙৌনা শাদুনা থল্লিবা পারম শারথিগী মুর্ত্তিদু লৈ। মফমদুদা ঐখোয় ওহাক পোত্থারে।

সেসাচলম চীংথক, ভেঙ্কটেশ্বর স্বামীগী মন্দিরগী অকোয়বদুদি নীংথিজবা সহর মচা অমনি। মফমদুদা গেষ্ট হাউস, দাকঘর, হোটেল, লৈকোল, হোসপিতাল, ইউনিভরসিটি শুনা লৈ। ঐখোয়না লুপা ৫০ পীবা টিকেৎ অমা ককলগা কিউদা লেপ্তুনা দর্শন ফংনবা হোৎনৈ। কিউ অদু ওহোক্লা শাংগ্রে। পুং ৩ চংনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লি। মতম শাংনা কিউদা লেপ্লদুনা ঝারক্কগা অমনা হেক্তা লাউরকই— "গোবিন্দা" ময়াম্নসু খুমই "গোবিন্দা"।

কিউ লেপ্পদুদা পাখঙ লৈশাবীশিং মরু কোকপসু য়াওই। হংলুবদা খঙলে — ইবুংঙো মঙোন্দা শম কৎপা মহয় য়াম্না চাওই।

ভেঙ্কটেশ্বরদি য়াম্না মগুন লৈবা য়াম্না ইনাক খুনবা লাইনি। মাগী মন্দিরদু সনাতনা শাবনি। লক্ষ্মীগী মুর্তিদুসু সনাগীনি। সনাগী সনা ঙাক্তা। অদুক য়াম্বা সনাদুঁ ইবুংঙো মাবু নিংজবা ভক্তশিংনা কৎলবনি। ইবুংঙো মঙোন্দা কৎলবা লন-থুম, সনা লুপাগী শরুক অনী হেন্না মনাইশিংদা ফংহল্লি হায়নৈ। ঐখোয়না য়ৌরুবা নুমিৎতুদা মী অহুমনা লুপা লাখ অহুম অহুম কৎলৈ। অসুম্না মীশিংনা কৎলবা পৈশাদুনা ট্রষ্টনা মীয়ামগী য়াইফনবা নুংঙাইনবা অমুক শেমগৎলিবনি মফমদুদা। ইবুংঙো মাগী মিংলেন শোল্ল শোল্লদুনা তপ্পা তপ্পা চংশিল্লকুনা ঐখোয় লাইমাং য়ৌরে। অদুক বানা, মতম য়াম্না চংনা মফমদু য়ৌরগা ইবুংঙো মাগী দর্শনদি ঙহাক্তমক ফংই। অমুবা কুচু অদুবু অরংবা সনানা য়োম্বা, শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম খুৎতা থোনবা মুর্তি উবদা ফজবনা হায়নিংঙাই লৈতে। খর কুইনা মফমদুদা দর্শন তৌদুনা লৈনিংবনি অদুবু সেবারীশিংদুনা ঐখোয়বু থুনা মফম অদুদগী ইন্থোরকই।



টিরুমালা মন্দিরগী মরুওইবা হোজং

ঐনা ইবুংঙো মাগী চরন্দা লুপা ১০০ দং কৎচগে নিংজবনি। চরন্দা কৎপা য়াদে হন্দিদা কৎলু হায়। মফম অদুদা অহানবা ওইনা লাকপনা লন্নী মুন্না খঙদে। চংলুবা খুদিংগী শাংগ্রবা কিউ ভাক্তা। মতম থেংজিল্লকলে পৈশাদু কৎতনা হনবা তারে। চাউরবা লদুগী প্রসাদ খরা ফংলকই।

ঐনা কৎকে নিংজবদু কৎতনা হনবা তারবদা ইবুংঙো মঙোন্দা ওনশিল্লগা ঐনা অসুম্না শোঁঞ্জে –

ও ঃ পুর্নমদ পুর্নমিদং পুর্নাৎ পুর্নমুদ্যচতে পুর্নস্য পুর্নমাদায় পুর্নমেভা বশিচশ্যাতে।

করিশু বাৎতবা, লৌথোকলগসু মচেৎ তাদবা, হাপচিল্লবসু অহোংবা লৈতবা মপুংফাবা নঙোন্দবু ননাইনা করি কৎলুগনি। ননাইনা ভক্তি কচ্চরি। অসুম্না খুরুমজরগা মফমদুদগী মায় ওল্লকই। ❑



# ত্রিপুরাগী খোঙচৎতা

ত্রিপুরা হায়বা লমদমসিগী মীং অসি ত্রিপুরা সুন্দরী হায়বী লমদমদুবু ঙাকশেল্লিবী লাইরেম্বীদুগী মীং লৌদুনা থোনবনি হায়না অইবা খরনা মোৎ পী। হন্টরনা ইবা "ষ্টেটিসটিকেল একাউন্ত অফ বেঙ্গল" হায়বদুদদি অসুম্না হায় উদয়পুরদা লৈবা ত্রিপুরাদানা "সূর্য্যদেবতা" গী নৎত্রগা মরোল অহমগী মবেম্মা ত্রিপুরেশ্বরীগী মন্দিরদা ইকাইখুম্নবা উৎতুনা থোনখিবনি হায়। তরাতরুকশুবা শতাব্দীগী অহৌবদা মহারাজ ধন্যমানিক্যনা মন্দির অসি শাখিবনি। অদুগা ত্রিপুরা হায়বা মীং অসিদি মতমদুগী মমাংদগী কৌনরক্লবনি। রাজমালাগী মতুংইন্নদি লমদমদুদা পাল্লম্বা ত্রিপুর হায়বা নিংথৌদুগী মীং লৌদুনা থোন্বনি হায়। অতোপ্পা মোৎ অমনা ত্রিপুরা হায়বসি "তুই" হায়বদি ঈশিং "প্রা" হায়বনা মনাক্তা হায়বা ৱাহে অনীসিনা পুনশিল্লগা ওইবনি। মরমদি লমদম অসি ঈশিং মনাক্তা লৈবনি অসিনি। খর অমনা অমুক হায়রি — ত্রিপা হায়বা চীংদা লৈবা ট্রাইব অমদগী লৌবনি, থৈদোরক্তুনা ত্রিপুরা হায়না থোনবনি। মৈতৈনদি ত্রিপুরাবু তখেল হায়না খঙনৈ।

ঐনা অঙাং ওইরিঙেদগী তখেলগা মরী লৈনবা — তখেল খোংগী, তখেল শাগী, সনা চহি অহুমনচিংবগী ৱারী কয়া তাই। তখেল খোংগী ৱারীদি মণিপুরগী নিংথৌ কবোম্বা (১৫২৩-১৫৪২) না পাল্লিঙেগী ৱানি। মহাক্না পাল্লিঙেদা ইং কুমজা ১৫৩৩ দা মণিপুরগা ত্রিপুরাগা লাল শোক্লে। মহাক্না লাল ঙমদুনা ত্রিপুরী খর বন্দি ওইনা ফারকখি। থৌদোক অদুবু নীংশিংনবা খোং অমা তৌই। খোং অদুগী মমি শামি ওইবা মশক খর হৌজিকসু ইম্ফালগী ব্রহ্মপুরদা লৈরি।

মহারাজ চুরাচান্দ সিংহগী খোঙনেংশা তখেল শামুগী ৱারীসু তাবদা নুংঙাই। য়েংবদা চীংলেমখ্রবা চাউ শাংখ্রবা ফজখ্রবা শামুদু তখেল নিংথৌনা মণিপুরগী মহারাজদা খুদোল তৌরকখিবনি। তখেল শাগী ময়াদু চাউমন শাংমন্দুনা চখোক চংশিন্দা খুদোংচাব্রে হায়দুনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না রাজকুমার লোইখোমসনানা শামুদুগী ময়াদু খর ককথংখি। মদুদা তখেল শাদু য়াম্না ৱারৌখি। শ্রীযুৎনা তখেল শা তোংদুনা লেংখোকপা

খুদিং লোইখোমসনাগী ময়ুম শিংজমে মখা তুরেন অমনবী মপা য়ৌবদা শামুদু ঋান পুনবা ঙমদে। লোইখোমসনাদা লম্মন খুমগদবগী কন্না হোৎনৈ। লোইখোমসনানা লোৎতুনা খাঙই হায়বা শিংগ্রবা, মীতেক মীরৌ খঙবা শামুদুগী ৱারী লৈ।

সনা চহি অহুম্না শেৎলম ইন্দ্রম্বা ফিরোল খুৎশু থাং, শাফি লানফি নচিংবা পোৎচৈ কয়াসু ত্রিপুরাগী ধলেশ্বরদা লৈরিবা মশুইবুংঙো রাজকুমার বীরজিৎ সিংহনা চেকশিন্না লিদুনা থম্লি। সনা চহি অহুমগী মীংদি রাজকুমার নরেন্দ্রজিৎ সিংহনি। মণিপুরগী মহারাজ চৌরজিৎ (১৮০৩-১৮১৩) গী মচাইবুংঙোনি। পলেমগী পীবুক নুংদা চহি অহুম নাওকোল্লি হায়বদগী ময়ামনা সনা চহি অহুম হায়না খঙনবনি। পান্নোমনা খুকউ হেন্না চোনবা, য়াম্না কল থৌবা, থাং তা শরীৎ শারাক, মন্ত্র যন্ত্র খঙবা নিংথৌমচানি। সিফাই লালহৌদা য়াওই হায়দুনা বৃটিশনা মাবু আন্দামান নিকোবরদা জিলা খারিজ তৌবনি। অদুদগী মহাক থিবা খঙদনা মাঙখ্রে। মাগী চাওদা নাওদানদি মহাক শিদ্রি নোংমদি শোয়দনা হুন্নকখিনি হায়না থাজরি।

অসিদা নত্তনা তখেল লৈবাকপু নীংশিংহনবা লৈশু, পোৎচৈ – তখেললৈ, তখেল লৈহাও, তখেল থাং নচিংবা অঁতে মণিপুরদা লৈরিবশিং অসিনা ঐহাক মফমদুদা চৎনিংবনা লাংতকনহল্লি। চৎপগী খুদোংচাবদু ইং কুমজা ১৯৯৯ গী ওক্তোবর থাদতা ফংবা ঙমখি। মদু রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা লৈখিদবগী নীংশিং থৌরম অমা ত্রিপুরাদা পাঙথোকল্লনবা মণিপুরগী সরকারগী মতেংগা লোয়ননা রাশেশ্বরী পালাগী মেম্বর ওইনা চৎলুবনি। ত্রিপুরাদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈশিংগা উন্নদুনা ৱারী ৱাতায় শাবগী ত্রিপুরাগা মণিপুরগা মতম কুইনগী মমাংদগী লৈনরকপা ইতিহাসকী কলা সংস্কৃতিগী মরী অদু নৌহৌনা থিজিনবগী তাঞ্জা অমা খোঙচৎ অদুনা ঐঙোন্দা খরদি ফংহনবা ঙমখি। থিজিনবদা খুদোংচাননবা লাইরিক লাইশু খর য়েংশিল্লি ঃ চৈথারোল কুম্বাবা, তখেল ঙম্বা, চীংথং খোম্বা মহারাজ গম্ভা চৎপা, ত্রিপুরা সরকারনা ফোংবা এদমিনিষ্ট্রেটিভ রিপোর্ট, রাজমালা নচিংবা। মদুনা ঐঙোন্দা ত্রিপুরাবু খর হেন্না নকশিন্নহনবগুম ফাওহল্লি।

ত্রিপুরাগা মণিপুরগা লৈনবা ইতিহাসকী ৱাফম খরদি অসিনি – মণিপুরগী নিংথৌ কবোম্বাগী (১৫২৩-১৫৪২) মতমদগী হৌনা লৈবাক অনী অসি লাম্বেংনদুনা লাকই। নিংথৌ খাগেম্বাগী (খগেন্দ্রজিৎ) (১৫১৭-১৬৫২) মতমদসু

ইংশোক ১৬০৩ দা অমুক ১৬৩৪ দা অমুক লাল শোক্লে। অকোনবগী লালদুদা মণিপুরনা ত্রিপুরাগী লানমী ২০০ বন্দি ওইনা ফারকই হায়।

খাগেম্বগী মচাইবুংঙো নিংথৌ খুঞ্জাওবা (১৬৫২-১৬৬৬) গী মতমদা ত্রিপুরাগা মণিপুরগা ললোল ইতিক তৌনবা হৌই। মতমদুদা ত্রিপুরাদগী মণিপুরদা শামু য়াম্না পুশিল্লকখি। নিংথৌ খুঞ্জাওবদি মচা পোকতে। মানা শিরবা তুংদা মাগী মনাওনুপাগী মচানুপা পাইখোম্বনা ফম্বাল কাই। পাইখোম্বা (পাইকিন্দ্র) (১৬৬৬-১৬৯৮) না পানবা মতমদসু মণিপুরগা ত্রিপুরাগা লাম্লেংনৈ। ইংশোক ১৬৯৬ তা শোক্লবা লালদুদা মণিপুরনা ত্রিপুরাবু মাইথিবা পীদুনা মী ১৬ বন্দি ওইনা ফাহৌই।

চরাইরোংবা (পীতাম্বর) না পানবা মতম (১৬৯৮-১৭০৯) দা মণিপুরদা ভারতকী মফম কয়াদগী বামন লাক্লুনা লৈবা হৌই। ত্রিপুরাদগীসু বামন লাকই। লাইময়ুম, অনৌবম হায়বা বামনগী শাগেসি ত্রিপুরাদগী লাকপা কাংলুপনি।

তখেল ঙম্বা হায়বসি গরীবনিবাজ (গোপাল সিংহ) (১৭০৯-১৭৪৮) না ত্রিপুরাবু (তখেলবু) জয় তৌবা, মহাক্কী মথৌনা মরৌশিং, লান্দা হৈশিংবা, মহাক্কী বাঙাং শাঙাংবু শিংথাদুনা ইবা লাইরিকনি। খৃ: ১৭২৩ দা বরমাগী নিংথৌ টানীঙ্গানবেনা অচৌবা লাম্মী অমা থারক্লুনা মণিপুরদা লান্দারকখি। ত্রিপুরাগী নিংথৌনসু মতম অদুমক্তদা মণিপুরদা লান্দারকখি। ইম্ফালগী খা নোংচুপ্তা মাইল ৩২ লাপ্পা লৈবা তোর্ব্বুং ফাওবা ত্রিপুরীশিংনা য়ৌশিল্লকখি। বরমীজশিংবু লাকশিন্নবা সেনাপতি অমগী মখাদা মণিপুরগী লানমী থাখি। তোর্ব্বুংগী লানদি নিংথৌ মশামক্না লুচিংদুনা শোক্লখি। মদুদা ত্রিপুরীশিংবু মরুফংনা মাইথিবা পীখি।

মারজিংকী (১৮১৩-১৮১৯) গী মতমদা মণিপুরদা চহি তরেৎ খুম্ভাকপা থোকখি। বরমাগা লাল শোকনবদা মারজিংনা মাইথিদুনা কাছাড়দা খৃ: ১৮১৯ দা লাল চেন্দুনা লৈখি। অদুদগী চহি ৭ খুম্ভাকপা থোক্লুনা প্রজাশিংনা য়াম্না বানখি। মতমদুদা মী কয়ানা কাছাড়, সিলেট, ত্রিপুরাদা চেন্দুনা লৈখি। অদুগীসু মথক্তা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র (১৭৪৮-১৭৯৮) না তীর্থ লেংবা মতমদা নিংথৌগী খোঙলোই কয়া অমা ত্রিপুরাদা লেহৌই। মসিগী মরমদি রাজর্ষিনা মতম খর ত্রিপুরাদা লৈবা মতমদুদা মচা ইবেম্মা হরিসেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধর মানিক্য (অনীশুবা) দা থাজরম্মী। মদুদা মচা ইবেম্মগী মতারোই, মীনায় মীশল কয়া ত্রিপুরাদা লৈহৌই।

অসুম্না ত্রিপুরাদা লৈহৌবা মণিপুরদগী মীশিং অদু খৃ: ১৮৭২ দা মশিং ৭০৪৫ য়ৌখি। মখোয়না খুন্দাখিবা ত্রিপুরাগী মরুওইবা মফমশিংদি সদর, আগরতলা টাউন, খোয়াই, কমলপুর, কৈলাসহর, ধর্মনগরনচিংবনি। মতমগী মতুংইন্না মীশিং হেনগৎলকখি। খৃ: ১৯৩১ গী মীকোক থিবদা ত্রিপুরাদা লৈবা মৈতৈ মশিং ১৯,২১০ নি। খৃ: ১৯৮১ দা মশিংদু ৩০,০০০ য়ৌখি। ত্রিপুরাগী মফম কয়াদা খুন্দারিবা মৈতৈশিংনা মণিপুরগী নাৎকী চৎনলোল ব্যবহার ঙাক্তুনা ঙসিসু লৈরি।

ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা ত্রিপুরাগা মণিপুরগা লাল তৌনদুনা মুক্লদুনা লাক্রবসু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদদি চারোঁ মৌরোঁনদুনা নুংশি চান্নরা ঙাইশেল ওইবগী মরী থন্বা হৌখি।



হরিসেশ্বরীনা সেবা চৎলম্বা রাধামাধব রাধারানী

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তীর্থ লেংবদুদা বৃন্দাবনদা সেবা চৎকে হায়বগীদমক রাধা-মাধবকী মূর্ত্তিসু লোয়ননা লেংই। মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীনা মপাবুং মহরাজদা হন্জংচৈ— "পাবুং মহারাজ, ইচেমসি সিজলাইরোইবীনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভুগী সেবা ফংজবা অদুগুম্না, ঐসু মফম অসিদা অনুপ্রভুগী সেবা ফংজহৌগে"। মপাবুং ইবুংঙোনা য়াবীদুনা মচাইবেম্মনা ত্রিপুরাদা রাধামাধবকী সেবা ফংজহৌই। মণিপুরদা মপাবুং মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা, অষ্টকাল পুজা তৌবা অদুগা মান্নবা মহাক্না মফম অদুদা রাধামধবকী সেবা কায়দনা চৎলি। চহি খুদিংগী কার্ত্তিক পুর্নিমাদা জগোয় রাস কৎলি। লাইগী সেবাগীদমক কোনুংদগী শেল কাইথোকই। ব্রাহ্মন, পুজারী, সেবারীদা তলব পী। হৌজিক্তি রাধামধবকী মন্দিরদু আগরতলাগী রাধা নগরদা লৈরে। মতৌ অসুম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু ত্রিপুরাদা শন্দোকলমই। চহি ২০০ হেল্লবা রাধা মাধবনা ত্রিপুরাদা ঙাহোইরি।

মহাক্কী অগ্রদনি ঐখোয়না ওক্তোবরগী তাং ১২ দা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন পাঙথোকলুবদু । রাসেশ্বরী পালা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র, রাধামাধব ত্রিপুরা মরী ইরে লৈনে। রাসেশ্বরী পালা হায়বসি ভাগ্যচন্দ্র মারাজগী মচাইবেম্মা বীম্বাবতী ময়াম্না তুংদা শিজলাইরোইবী হায়না খঙনবীনা হৌদোকসম্বনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পণ্ডিতশিংগী মতেংনা রাগ শেমদুনা, নুপীনা করতাল পায়দুনা অথন্নবা শৈহেক শৈদাদা শকপা মণিপুরগী ইহান হানবা নুপীগী সংকীর্ত্তন পালানি। মতম কুইনগী মমাংদগী হৌনা পালা অসিনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌদুনা লাক্কি, লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লৈখিদবগী নীংশিং থৌরমবু চহি খুদিংগী ওইনা মণিপুরগী অমসুং মণিপুরগী বাংমগী লমদমশিংদা পাঙথোক্নুনা লাকখিবনি। চহি ২০০ হেল্লবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা মরী লৈনবা পালা অসিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মচানুপীনা ত্রিপুরাদা সেবা চৎলম্বা রাধামাধবতা সংকীর্ত্তন কৎপা লাকখিবনি।

রাজর্ষিগী থৌরম অদুদি মণিপুরগী আর্টস এন্দ কলচর বিভাগ, ত্রিপুরা সরকার, রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত মেমোরিয়েল দান্স একাদেমী, ত্রিপুরা ; ত্রিপুরা মণিপুরী ষ্টুদেন্স এসোসিয়েসন অমসুং রাসেশ্বরী পালা মরুপ, মণিপুরনা খুৎশম্নুনা পাঙথোকপনি। থৌরমদু পাঙথোকলুনবা রাসেশ্বরী পালাগী অমসুং অশিন অরাং তৌননবা আর্টস এন্দ কলচরগী অপুনবা টিম অমা ১৯৯৯ গী ওক্তোবরগী তাং ৮ গী অয়ুক্তা বসনা ত্রিপুরাগীদমক খোঙশাল্লি। লম্বীদি য়াম্না ফৎখিদ্রে।



**রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন**

ত্রিপুরাদি মেনমার (বরমা) অমসুং বাংলাদেশ অনীগী মরক্তা তুরেলগী মনাক্কী তম্পাক মরক্তা চখোক চংশিন্দা খুদোংচাদবা মফমদা লৈবনি। অনেম্বা চীংদোং মচা মচানা মরক মরক্তদা হুং হুংতুনা লৈবা লমদমনি। চীং অমসুং উমংনা অয়াম্বা কুপশিন্দুনা লৈবনা লম্বীথোং শেমগৎপদসু য়াম্না অৱাবা থেংনবা মফমনি। কিলোমিটর তরাদং শাংবা লম্বী অমনা অখৌরা রেলৱে ষ্টেসনগা শম্নদুনা লমদম অসিদগী মপাল লমদমগা ফাওদোক্লরম্বদুসু হৌজিক্তি রেলৱে ষ্টেসন অদুসু বাংলাদেশতা লৈশ্রবনি। ত্রিপুরাগী লম্বী থোঙদি য়াম্না ফত্তে।

ঐখোয়না ত্রিপুরাদা চংপা মতমদুদা জিরিগী থোঙদু লানবা য়ারমদে। পেসেঞ্জরশিংনা মশানা মশাগী লগেজ পুদুনা লেখোম থোকপা লম্বীদু ফন শাংনা খোঙনা চংপা তাখি। অদুগী তুংদা অতোপ্পা বস অমদা অমুক তোংখৎতুনা লাকখি। অদুসু খর চংলগা গাড়ীদু সিলচর য়ৌরমদাইদা স্লিপ চংতুনা অচৌবা উপাল অমদা থেংজিনবদগী চংমিন্নরিবা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বর খরদি অশোক অপন নংলকখি। ঈশ্বরদা থাজজবী ওইবনা মখোয়না অসুম্না ফোংদোকচে – "রাধামাধবকী কৃপা ওইবা তাই ঐখোয়না শিহৌদ্রিবসি।"

লম্বী অদুদা ঐহাক চহিদুমক্কী সেপটেম্বর ২১ দা অমুকসু লাকখ্রে। মদু ত্রিপুরাদা ভাগ্যচন্দ্রগী নীংশিং থৌরমদু নিংথিনা পাঙথোক্লবগী হায়না শিনদোক শিনজিন তৌরনবা চৎপা খোঙচৎনি। ঐগা দা: সরোজিনী, জোইন্ট দাইরেক্তর আর্টস এন্দ কলচরগা লোয়ননা চৎমিন্নে। খোঙচৎ অদুদদি এরোপ্লেননা সিলচর ফাওবা চৎলি। অহিং অদুমদি সিলচরগী নটরাজ হোটেলদা ঐখোয়নী লৈরে। মথংগী অয়ুকতা কেপিটেল ট্রেভেলসকী বসনা চৎতুনা আগরতলা য়ৌই।

লম্বীদুদা চৎপদা য়ায়া বাই। মফম খরদদি লম্বীদু লৈখোম থোকই। গাড়ী কয়া থৌবা য়াদে। সিলচরদগী আগরতলা ফাওবদু পংলাপ লাপ্লবা নত্তে। অদুবু লম্বী মতেকতু চৎপদা পুং ১৪ চংই। দিল্লী, বোম্বেনচিংবা সহরগী লম্বী ওইরবদি ওহাক্তদা য়ৌবা



লম্বীদা উরকপা ত্রিপুরাগী উমংগী মশক অমা

য়াবনি। আগরতলা য়ৌম্রিংঙেগী মরক টেলিয়ামুরা হায়বা মফমদুদগী মাইল ২২ দুদি ইনসরজেনসিগী ইরাং কনবা মফমনি হায়। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হায়বা পাউরৌদু চপচানা থোকলে। মফমদু য়ৌবদা নুমিৎ তারে। চীঙোল ওইবদুনা মফমদু য়াম্না মমই। গাড়ীশিংদু নকশিন্নরগা মৈ মুখৎলদুনা য়ারিমখৈ মখোল হৌহন্দনা তপ্পা তপ্পা থৌই। তোংলিবা ঐখোয়গী মীহুল পীং পীং চোংই।

ত্রিপুরাগী চীংলম্বী অদু ফাওদুনা চৎলকপদা মতমচুপ্পদা মনা শংদুনা লৈবা উপালশিং চীংশু, গুরজানচিংবা উমংদা হৌহৌবা উরকই। নাকেনথাদা মনা কেনবী শাল পাম্বীসু খর উই। ত্রিপুরাগী উমংবু উবদা তখেল শা নীংশিংই। উমং অদুদা নীংতম্না লৈজরম্বা মহাক অদু ফাজিম্লগা, মীওইবনা শীজিন্নবদা নুংঙাইনবা ফজবা ময়া ককথৎহনখি। ত্রিপুরাগী লমগী ৬০% দি উমংনা কনশিন্দুনা লৈবনি। উমংশিংদা তাংজদুনা শামু, শওম, কৈ, কবোকৈ, শজি, য়োং, লমহুইনচিংবা মরাং কায়রম্বনি। উপালশিংদা তোংদুনা চেকলাশিংনা নুংশিবা খোম্বাংনা মনিং তম্না শৈশকলম্বনি অদুবু মতমগী মতুংইন্না উমং তেমথোকতুনা মীওইবনা লৈবা খুদোং চাননবা, লৌউ শিংউনবা ত্রিপুরা সরকারনা শেমগৎ শাগৎপা হৌরক্লি।

অহানবদদি ত্রিপুরাসি নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরম্বনি। খৃ: ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৩ দা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইখিবনি। হৌজিক্তি ভারতকী ষ্টেট অমা ওইনা লৌউ শিংউবা, লম্বী থোং, বিজলি, ইন্দষ্ট্রিনচিংবা চাওখৎনবা ত্রিপুরা সরকারনা কন্না হোৎনবগী মমি তারে। ৮ শুবা য়োজনাদা হায়রিবা লমশিং অসিদা শেমগৎনবা কেন্দ্র সরকারনা লুপা ৫০,২২৫.৩ লাখ কায়থোকই হায়না সরকারগী চেফোং অমদা থেংনৈ।

সরোজিনী ঐখোয় অনীনা ত্রিপুরাগী আর্টস কলচর, দাইরেক্তর অমসুং সেক্রেটরী মথংশিংনা শ্রীসঞ্জীব চক্রবর্ত্তী অমসুং কুমারী শ্যামলী বেনর্জী, ত্রিপুরাগী এম এল এ, ছাত্রগী সংস্থানশিং উন্নদুনা খন্ন নৈনরগা ভাগ্যচন্দ্রগী নীংশিং থৌরমগী প্রোগাম শেমই। ত্রিপুরা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মেম্বরশিং, ছাত্রশিং খরগা লোয়ননা চৎমিন্নদুনা মফম কয়াদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মৈতৈমচাশিংগসু উন্নবগী তাঞ্জাসু ফংবা ঙমলকই। ত্রিপুরা সরকারগী আর্টস কলচর, টুরিজম বিভাগকী দাইরেক্তর ওইরম্বদগী পোখ্নারবা মৈতৈ মচা রাজকুমার পঞ্চমসিংহনা মাগী মমুম ধলেশ্বরদা চাক্লৌদুনা

মৈতৈগী চাক ইনশাং চামিন্নরকই। ত্রিপুরাদা লৈরিবা মৈতৈশিংনা গুসিসু মফমদুদা মণিপুরগী চৎনলোল ব্যবহার ঙাকুনা লৈরিবদু উরকপদা নুংঙাইজে, মখোয়গীদমক চাওখোকচে। অদুম ওইনমক হোংলকলিবা রাজনীতিগী, ললোন ইতিকী, অর্থনিতীগী অকনবা লাহৈংনবদা অপিকপা কাংলুপ ওইবনা অবাবা কয়াদি মায়োক্লরি। হুমজিল্লকলিবা নুংশিংকী অকনবা শউমদু ঙাকথোকচবা ঙমদবগী খুদম কয়াসু উবা ফংই। আগরতলা টাউনদদি মৈতৈনুপীসু সারী শেৎলি। খুত্তা মোইবুং খুজি শি, শমখায়ফমদা শিন্দুর হাপই মখোয় মশেল বাংলা লোন্দা ৱারী শান্নবা থেংনরকই।

রাজর্ষিগী নীংশিং থৌরমদুদি শোক ১৯৯৯গী ওক্তোবর ১২, মেরাগী হুমনি পানবা, লৈবাক পোকপা নুমিৎতা রাধানগরদা লৈবা রাধামাধবকী মান্দবতা পাঙথোকই। মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর শ্রী ৱাহেংবম নিপামচা সিংহনা অথোইবা অতিথি, ত্রিপুরাগী কলচর অমসুং টুরিজমগী মন্ত্রি শ্রীজিতেন্দ্র চৌধুরীনা সভাপতি, ত্রিপুরাগী এদুকেশন মন্ত্রি অনিল সরকার, এম এল এ বিরজিৎ সিনহা অমসুং শ্রীমতি বিজয়া লক্ষ্মী সিনহা, বুদ্ধিমন্ত দান্স একাদেমীগী চেয়ারমেন রাজকুমার কমলজিৎ সিংহনা গেষ্ট অফ ওনর ওইদুনা পাঙথোকই। চিফ গেষ্টনা মৈ চুখৎতুনা, মনিপুরদগী চৎপা মোইবুং খোংবনা মোইবুং খোংগৎতুনা সভাদু হৌদোকই। মণিপুরগী আর্টস এন্দ কলচরগী সেক্রেটরী কেএচ মোহেন্দ্র সিংহ, ত্রিপুরা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী জেনেরেল সেক্রেটরী রাজকুমার জিতেন্দ্র সিংহ, রাশেশ্বরী পালা মরুপকী প্রেসিদেন্ট অমসুং সেক্রেটরী মথৎশিংনা রাজকুমারী মুখরা দেবী অমসুং ঐ ইশা মক্লা ভাগ্যচন্দ্রনা কলা সংস্কৃতিগী লমদা তমলম্বা খুদোল ত্রিপুরাগা মণিপুরগা লৈনবা মরীনচিংবদা ৱা ঙাংদুনা রাজর্ষিগী মফমদা শ্রাদ্ধাঞ্জলি কৎলি। অথোইবা অতিথিনা মহাক্কী ভাষনদা মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগগী মরক্তা চয়েৎনবা লৈরিবা অদুগী মরমদা ফজনা শেংদোকপগা লোয়ননা অসুম্না হায়খি – "ত্রিপুরাগী অভয়নগরদা ত্রিপুরা মণিপুরী কলচরেল সেন্টর অমা হাংনবা লুপা লাখ অমা হান্ননা মণিপুরগী চিফ মিনিষ্টর ওইরম্বা রা: কু: জয়চন্দ্রনা পীরমলে। মখা তানা সেন্টর অসি মপুং ফাহননবা লুপা লাখ অনী শুননবা মণিপুর সরকারনা পীগনি।"

মসি য়াম্না পুক্নিং থৌগৎনিংঙাইনি। কলচরেল সেন্টর অসি নীংথিনা শেমগৎলবদি মণিপুরদগী ত্রিপুরাদা কলচরগী, সাহিত্যগী, লমকোয়বগী টিম চৎপদা য়াম্না খুদোংচাবা ওইগনি। অসিগুম্না টিমনা চৎপা মতমদা ত্রিপুরাদা মীশিং অদুগী লৈফমগী খুদোংচাবা লৈতে। মৈতৈ খুল তারিবদুসু অমগা অমগা য়াম্না তামনা লৈনৈ। ত্রিপুরাদা লৈরিবা

মৈতৈগী য়ুম ইংখোলশিংদুসু য়াম্না পীকই। য়ুমলোন্নবশিংদু শম্বল খাদুনা লৈনৈ। অতোপ্পা মী অনি অহুম থুংলবদা লৈফম লৈতে। রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বর ১৮ পুং য়ৈবা অনীগী লৈফমদু ত্রিপুরাগী চিফ মিনিষ্টরগী অয়াবা লৌরগা ট্রাইবেলশিংগী গেষ্ট হাউস অদুদা লৈরকখি। অদুসু লাইবক ফবদগী কা খর হাংদুনা লৈরম্বদগী ওইথোকপনি।

প্রেসিদেন্টকী ভাষনগী তুংদা দা: সরোজিনী দেবীনা থাগৎ ৱাহৈ থমলবা তুংদা ত্রিপুরাগী কাংবুনা নুপা পালা সংকীর্ত্তন অদুগী মথংদা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শকই। ত্রিপুরাদা সৈবা লৈমশিজ কয়াসু রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন অদুদা শরুক য়াই। ত্রিপুরাগী মফম কয়াদা লৈরিবা মৈতৈনুপীশিংনা নাৎকী ফনেক ইনফি শেৎ-ইন্দুনা রাসেশ্বরী পালা য়েংবা মান্দব চোন্না তিল্লখিবদু ওহোক্লা নুংশি নুংওনবা মতৌনি। নুমিদাংদা ধলেশ্বরদা শ্রী চৈতন্য প্রভুগী মান্দবতা জগোয় রাস কৎতুনা নীংশিং থৌরমদু মপুং ফাহল্লি। জগোয় রাস অদু রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত দান্স একাদেমীগী মহৈরোইশিংনা পাওথোকই। মদুগীদমক মণিপুর সরকারনা জগোয়গী পোৎলোয়শিং খুদোল তৌই। জগোয়দুগী ওজা, পুং য়ৈবা, সুত্র শকপী ত্রিপুরাদগীনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকলম্বা, মচাইবেম্মা হরিশেশ্বরীনা রাধামাধবকী সেবাদা চহি খুদিংগী কার্ত্তিক পুর্নিমাদা জগোয় রাস কৎপা অদু ঙসিসু ত্রিপুরাদা ফজনা চখরি। মণিপুর অমসুং ত্রিপুরাবু জগোয় রাসকী অকনবা লীপুন অমনা পুনশিন্দুনা থম্লি।

ঐখোয়না লৈরিঙেদা ত্রিপুরাগী মরুওইবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা মফমশিং খরদা য়ৌরুই। ওল্ড ত্রিপুরাদা লৈবা চৌদ্দ দেবতাগী লাইশংদুদা মকোক তরামরি পানবা লাই লাৎলি। ত্রিপুরাগী ক্রোনিকল রাজমালাগী মতুংইন্নদি মহারাজ ত্রিলুচননা লাৎলম্বা আদিবাসিগী লাইনি হায়। খৃষ্টগী ইং কুমজা ১৭৬০ দা ত্রিপুরাগী মহারাজ কৃষ্ণ মানিক্যনা উদয়পুরদগী পুরক্লগা (কুলদেবতা) শাগেগী লাই ওইনা লাৎখিবনি। মদুদা হৌজিকসু শক্তি পুজা চখরি। মদুগীদমক সরকারনা শেল কায়থোকলি। লাৎলিবা লাইগী মকোক তরামরিনি। মকোকশিংদু শেঙেংনা হৈবা মুর্ত্তিনি। লাইশিং অদুদি ১। শঙ্কর (হর), ২। উমা (শঙ্করী), ৩। হরি (বিষ্ণু), ৪। (মা) লক্ষ্মী, ৫। (বানী) সরস্বতী, ৬। (কুমার) কার্ত্তিকেয়, ৭। (গন্নপা) গনেস, ৮। (বিধি) ব্রহ্মা, ৯। (ক্ষা) পৃথিবী, ১০। (অব্দী) সমুদ্র, ১১। (শিখি) ভাগীরথী, ১২। (প্রদুম্ন) কাম, ১৩। (হিমাদ্রি) হিমালয় অমসুং ১৪। পর্ব্বত নি হায়।

ঐনা য়াম্না য়েংনিংবদি মৈতৈগী উমং লাই ত্রিপুরাদা মৈতৈশিংনা লাৎলি হায়বদুনি। লিকমন খুমন (তালতলা) দা পাম্ছোইবী লাৎলি হায়, বাজালঘাটতনা লমদেম লাইরেম্বী। মফমদুদি য়ৌরুবা ঙমদ্রে। অভয়নগরদা লৈরিবা লাইনিংথৌ পুথিবগী লাইশং অমসুং আওলী (বনমালীপুর) দা লৈরিবা লাইনিংথৌ পাখংবগী লাইশংদি য়ৌরকই। লাই পান্নরিবা মপুগা উন্নদুনা লাইথোং হাংদোকহল্লে। পৈশা কৎতুনা ঐখোয়না লাই খুরুমজরে। সেবারীগা ব্রারী ঙহাক শানৈ। মফম অদুদদি লাইনিংথৌ পাখংববু পাগল দেবতা হায়না কৌনৈ হায়।



**লাইনিংথৌ পাখংবগী শঙলেন, বনমালীপুর (আওলী), আগরতলা**

ত্রিপুরা সরকারগী থাগৎনিংঙাই ওইবা থবক অমদি লাই লাৎপগী, সেবাগী পুজাগীদমক, হৈকৎ লৈকৎ তম্নবগীদমক সরকারনা শেল কাইথোকপা অসিনি। মসি মমাংঙৈদা নিংথৌ পাল্লিঙৈদা মণিপুরগী নিংথৌমচানুপীনা মহারানী ওইদুনা লাই লাৎপা হৌদোকখিবা, কোনুংদগী শেল কাইথোকপা অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা চখরকলিবা চৎনবীনি। গনতন্ত্র চৎলকপদগী সেকুলার ওইগদবনি, ধর্ম্ম অমত্তবু য়োকখৎপা য়াদে হায়দুনা ভারতকী ষ্টেট অতৈদদি সরকারনা লাই লাৎপগীদমক শেল কাইথোকপা তৌনখিদ্রে। অদুবু ঙসিসু ত্রিপুরা সরকারনা মৈতৈগী উমংলাই

লাইনিংথৌ পাখংবা, লাইনিংথৌ পুথিবা, লমদেম লাইরেম্বী, চৌদ্দ দেবতা, রাধামাধবকী সেবাগী পুজাগীদমক সরকারনা শেন্থং খর অদুমক পীরি। ঐখোয়গা ব্রারী ব্রাতায় শান্নরকপদুদগী খঙবদি হৌজিকসু লাইগী সেবাগীদমক অমাইবী ৩, অমাইবা, পেনা খোংবসু তলব পীদুনা লৈরি।



ত্রিপুরাগী কোনুং

শ্রী চৈতন্য গৌরীয় মঠনা শিল্লাংদুনা সেবা চংলিবা শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরদুদা চংবদদি আরটি কংপগী তাঙ্গা ওইরমদুনা ঐখোয়সু লাইগী দর্শনসু ফংলকলে। মন্দির, মীথুংফম মফমদুদা ফজনা লৈ। লাই খুরুম্বা মী য়াম্না লাকনৈ। মন্দিরগী অকোয়বদা থেংলিবা লাই, অশাবা লাইগী মুর্ত্তি, নিংথিনা শেমদুনা থম্রিবা লৈকোলদু য়েংদুনা ঐখোয়না ঙহাক লৈরবা তুংদা ত্রিপুরাগী থায়নগী কোনুং, হৌজিক্কা এসেম্ব্লীগী সেক্রেটরিয়েৎ ওইরবা বিলদিংদু য়েংবা চংলে। হোজংদগীনা শিড়ী কাখৎফমদু ফাওবদু ফন শাংই। গাড়ীনা মফমদু ফাওবা তপ্পা তপ্পা চংশিন্দুনা ফজনা শেন্নদুনা য়েংশিন্দুনা থম্রিবা কম্পাউন্দদু য়েংলে। লম্বী নাকল অনীদা পিকতক পিকতক তৌবা লৈকোল মচা শেমদুনা থমই। মদুদা ফজনা লৈশু কয়া শাংলি। হোজংদগী খরদং চংশিল্লগা নোংপোকথংবদা লৈরিবা পুখ্রিদুগী ময়ায়দা ঈশিংগী পেরে কাপহন্দুনা ফজহল্লি। বিলদিং অদু য়াম্না ফজে, য়েংবদা চীঙ লেমই।

ত্রিপুরাগী মিউজিয়মদু পোষ্ট অফিস চৌক হায়না খণ্ডনবা ত্রিপুরাগী হেদ পোষ্ট অফিস অদুগী মনাক্তনি। মিউজিয়মদা চংলদুনা কা কাদা থেন্দুনা থগ্রিবা থায়নগী পোৎচৈশিং, ফকলাংদা থেৎলিবা লাইশিং খর উরকই। কা অমদদি ত্রিপুরাগী নিংথৌশিংগী শক্তম য়েকথোক্তুনা ফজনা থেৎলি। মদু উবদা ঐনা খল্লি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ফোটো নম্বগী খুদোংচাবা লৈত্রবসু মাগী শক্তম য়েকথোক্তুনা লৈরমলবদিকো! থেৎলিবা লাই মরক্তুদা মণিপুরী জগোয় রাসকী অয়েকপা লাইদুনা থোইদোক্লা ঐখোয়গী পুক্নিং চিংশিল্লি। ত্রিপুরাগা মণিপুরগা নকশিন্নবা মরী অমা মিউজিয়ম অদুনসু লৈহল্লে হায়না ফাওরকখি। ঐখোয়গী খোঙচৎতা লোয়নরিবী মণিপুরগী মিউজিয়মগী ক্যারেটর ওইরিবী দা: সবিতানা মিউজিয়মদুগী ক্যারেটরগা কুপথনা ৱারী শাদুনা করি করম্বা মতাংদা পোৎচৈ খোমজিন্দুনা থাদোক-থাজিন তৌনবা য়াবা লৈগদগে হায়বসু খণ্ডোক্লবগী তাঞ্জা অমসু ফংবা ঙমলকখি।

ত্রিপুরাগী এম বি বি কলেজদুগী অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী ওইবা ফজবা, নীংথিজবা অদুদি অৱাং নোংপোক লমদমগী কলেজশিংগা য়েংনবদা অতৈনা হেন্দে। হাইফেৎ ৱাংবা চীংদোঙ মচা অমা লৈরিবদুদগী হাইথরকপা নাপোমদা ফজ ফজরবা



মহারাজা বীর বিক্রম ও মহারানী কাঞ্চনপ্রভা

লৈশাৎ তম্বা উপালশিং হৌরি। অশংবা রেশম থাদুনা লৈতেংবগুম পুমশং শংলবা পাকলবা কেমপস অদুগী চিদাইদা উরুম লাংবা মফমদা মহৈরোইশিং খরসু লাইরিক পাদুনা লৈহৌই। চীংদোঙ মচাদুগী নাক্তা পাৎ মচা অমা লৈরিবদুনা কেমপস অদুগী ফজবা হেনগৎহল্লি। বিলদিং অদু মথোল অনীগীনি। আরকিটেকচর অদু মুসলীমগী ষ্টাইল ওইনা তৌই। যুমথক্তা চোঙাবোন য়াম্না হাপই।

কলেজদু মহারাজ বীর বিক্রম কিশোর মানিক্যনা লিংখৎলম্বনি। নিংথৌ অসিদি পৃথিবীগী চাওখৎলবা লমদম ইউরোপ, আমেরিকানচিংবদা অমসুং ভারতকী অচৌ অচৌবা সহরদা কোইরুবা মীশকনি, কলা সাহিত্যবু পামজবা মীওইনি। মহাকনা উরকপা খঙলকপা কয়াবু হাপচিন্দুনা মরমদমগী মীশিংবু অৱাংবা শিক্ষা পীননবা লিংখৎলম্বা কলেজনি। ফজপ্রবা মফম অমা খল্লগা মহাক মশানা খৃ: ১৯৩৭ তা কলেজদুগী যাত্রা হুনখিবনি। অনীশুবা লাঞ্জাও থোরকপদগী মতম খর শাগৎপদু পন্থখি। লাইবক থিবনি কলেজদু শঙ্গাবা নংদনা মহারাজ বীর বিক্রম মশাগী চহি ৩৯ দা ঙাইরিঙৈদা নোঙ্গাখি। মহাক্কী মহারানী কাঞ্চন প্রভা না কলেজ অদুগী দায়িত্ব পুম্নমক লৌদুনা শেমশাবা লোইশিন্দুনা খৃ: ১৯৪৭-৪৮ দগী সেসন হৌদুনা লাইরিক তম্বা হৌখি।

লাইব্রেরী বিলদিংগী চংফমদুদা মহারাজ বীর বিক্রমগী অশাবা মুর্ত্তি অমা লৈবদু অহানবমক্তদা উরে। ঐখোয় খরনা কলেজদুদা চংদুনা প্রিনসিপালগা উন্নে। ৱারী ৱাতায় শাবদগী খঙবদি কলেজ অদুদা সাইন্স অমসুং আর্টস ষ্ট্রীম অনী লৈ। লাইব্রেরীদুদা অরিবা তাঙলবা লাইরিক, জরনেল, খুৎই লাইরিক কয়া লৈ। লাইব্রেরীগী ষ্টাফ ২০ লৈ হায়বনচিংবা খঙলকই। ঐখোয়না য়াম্না পেনজবা ৱাফম অমদি মহারানী কাঞ্চন প্রভা মৈতৈ চনুনি হায়বসিদনি।

ত্রিপুরাগা মণিপুরগা চারৌ মৌরৌনদুনা ঙাইশেল ওইবগী মরীদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদগী হৌরবনি। মার্জিৎ মহারাজগী মচানুপী খিলেশ্বরী, বামন লৈমসু ত্রিপুরাদা থাজরমই। ত্রিপুরাগী নিংথৌ মহারাজ কৃষ্ণ কিশ্বর, বীর কিশোর, রাধা কিশ্বর মখোয় লোয়না মৈতৈ নুপী লৌই। মখোয় লোইনমক্না লাই লাৎলমই। অসুম্না চত্থরকপনা মণিপুরগী নিংথৌ মহারাজ বুধচন্দ্রগী মচাইবেম্মা তম্ফাম্নাসু ত্রিপুরাগী নিংথৌ মচাদা থাজবনি। মচাইবেম্মগী অতোপ্পা মীংদি দেবেন্দ্রপ্রিয়ানি।

মহারাজ বীর বিক্রম কিশোর মানিক্যগী মচাইবুংঙো সসাধর বিক্রম কিশোরদেব বর্মনগা দেবেন্দ্রপ্রিয়াগা শোক ১৯৬৩ গী জানুবারী ৩০ দা লুহোংই। বিক্রমকিশোর দেববর্মনদি আই, এ, এস অফিসরনি। মণিপুরগী কমিসনর ওইনা থবক তৌরমই। অসুম্না ত্রিপুরা



সসাধর বীর বিক্রম কিশোর দেববর্মন অমসুং
তক্ষাসনা/দেবেন্দ্রপ্রিয়া লোয়ননা মচাশিং

মণিপুরগী নক্সবা মরী লৈনরকই। মৈতৈ চনুরাশিংনা ত্রিপুরাদা মণিপুরগী চৎনলোনচৎ ব্যবহার, লাইগী পুজা লাংজাগী বিধি নিয়ম ঙাক্তুনা চৎলকই। ঙসিসু ত্রিপুরাগী মৈতৈ খুঙংদা ব্রাহ্মন পুরোহিতশিংনা লাইশংদা লাই লাংনরি। সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ শকপা,

জগোয় তম্বীবা ওজা ঙসিসু ত্রিপুরাদা লৈরি। শীংথাবা য়াবা অমনা ত্রিপুরাগী মহারানী থোঙাম নিংঙোল তুলসীবতীনা খৃ: ১৮৯৪ দা নুপীগী স্কুল অমা লিংখৎতুনা ফিস লৌদনা নুপীমচাশিংবু লাইরিক লাইশু তমহনবা হৌখিবা অসিনি। ঙসিদি মহারানী তুলসিবতী বালিকা স্কুলদু ক্লাস ১২+ ফাওবা লৈদুনা সেকেণ্ডরীগী থাক্তা লৈরে। মতৌ অসুম্না ত্রিপুরাদা মৈতৈ নুপীনা ধর্ম্মগী, কলা, সংস্কৃতি, শিক্ষাগী মায়কৈদা চাউনা খুদোল তমদুনা লাকই।



**নিরমহল লৈরিবা ঈপাক্কী তোর্ব্বান্দা**
**কিশোরজিৎ, যামিনী, সরোজিনী অমসুং সোবিতা**

ঐখোয়না উরকপা অমনা ত্রিপুরাগী মমিং চৎপা নিরমহলনি। নিরমহলসি কালেন থাদা নিংথৌগী পোত্থাফম ওইনবা পাক্লবা ঈপাক [illegible] শাবা কোনুং মচা অমনি। ফজবা বিলদিং অদু উদয়পুরগী লেক পে[illegible] অদুগী [illegible]দা নিংথৌনা শেমগৎপনি।



অকক্নবা মতমগী খোঙচৎ ওইবনা ত্রিপুরাদা শা[illegible] লৈবা য়া[illegible]দে। ওক্তোবরগী তাং ১৩ গী নুংথিলদা বসনা ঐখোয়বু পুদুনা মণিপুরগীদমক[illegible]কই। ত্রিপুরাদা লৈহৌরিবা অহল-লম্মন, নহা কয়ানা ঐখোয়বু নুংশিনা বিদায় পীরকই। □



**ডাঃ যামিনী দেবী**

ডাঃ যামিনী দেবী (চোংথাম নিংঙোল পুখ্রম্বম ওংবী) কৈশামথোং তোপ লৈরক ইম্ফালদা ইং কুমজা ১৯৩৬ কী দিসেম্বর ১৫ দা পোকই। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা স্কুল, কোলেজদা তম্নরকপদা মকোক ওইদুনা বৃত্তি ফংখি। শান্ন-খোংনবদসু প্রাইজ অমসুং মেদল কয়া ফংখি। ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রি অফ এদুকেশননা, মহাক্না ফিজিকেল এদুকেশনগী থৌরম কয়াদা ফজনা পাংথোকপগী "থ্রি ষ্টারস" পীখি। মহাক এম এদ (এলাহাবাদ ইউনিভরসিটি), সি পি এদ (পাটনা ইউনিভরসিটি), পি এচ দি (গৌহাটী ইউনিভরসিটি), দিপ্লোমা জরনেলিজম (বৃটিশ ইন্সটিটিউট, বোম্বে) নি। মহাক্না ফিজিকেল এদুকেশনগী ওজা (দি এম কোলেজ কম্বাইন্দ), এদুকেশনগী লেকচরর, রিদর (জি পি উইমেন্স কোলেজ) ওইনা সার্ভিস তৌরগা দি এম কোলেজ কমার্স কী প্রিন্সিপাল ওইনা খৃঃ ১৯৯৮ তা থবকতগী পোথাখি।

হৌজিকসু মহাক তোঙান তোঙানবা একাদেমীক, কলচরেল, সোসিয়েল ওরগেনাইজেসনগী মেম্বর ওইনা সমাজগী থবক থৌরমদা থৌদাং য়ারি। মহাক অসি ব্রোদ কাষ্টরনি; অইবীনি। মহাক্না লাইরিক ২০ গী মথক্তা ইদুনা ফোংখ্রে। মানা ইবা "খঙনিংবশিংদো" হায়বা অঙাংগী লাইরিক্তা খ্বাইদগী ফবা অনীশুবা মনা মণিপুর সরকারনা পীখি। মহাক কলমনিষ্ট অমনি। "লৈলাংবা" কৌবা জরনেল অমসু মহাক্না ইদিতর ওইনা মতম খর ফোংলমই। রিসার্চকী পেপর কয়া জরনেলশিংদা ফোংই। মহাক্না লমজিং লমতাক পীদুনা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী মখাদা স্কোলার অহুমদা পি এচ ডি পীখি। মহাক হৌজিক সমাজগী চাওখৎ-থৌরম ঃ মরুওইনা নুপী অমসুং অঙাংগী য়াইফবগী মতাংদা থবক থৌরম কয়া পায়খৎলি।

# অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

**(ক) তম্নবা লাইরিকশিং — টেক্স বুক ওইনা ঃ**

(১) ***ফিজিকেল এডুকেশন ঃ*** ক্লাস হ্বানগী — ১৯৬১ ; ক্লাস থ্রীগী — ১৯৮১ ; ক্লাস ফোরগী — ১৯৮২ ; ক্লাস ফাইবকী — ১৯৮৩ ; ক্লাস আইটকী — ১৯৮৩ ; ক্লাস আইটকী (ইংলিস) — ১৯৮৪ ; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী — ১৯৯১।

(২) ***অঙাংগী বিজ্ঞান*** — ১৯৬৭ ; ***ভুগোল অনৌবা*** — ১৯৬৮।

**(খ) রিশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ**

এডুকেশন ইন মণিপুর (ইংলিস) — ১৯৮৯ ;
ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মণিপুর (ইংলিস) — ১৯৮১ ;
ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) — ১৯৯১ ;
ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্টস (ইংলিস) — ১৯৯২।

**(গ) সাহিত্যাগী মচাক ওইনা ঃ**

খোমজিনবা হ্বারেং (রেডিওদা ঙাঙখিবশিং) — ১৯৭৩ ; ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী) (হ্বারেং) — ১৯৭৫ ; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (হ্বারেং) — ১৯৭৮ ; অঙাংগী লৈকোল — ১৯৮৩ ; খঙনীংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক তান্নবদা অনীশুবা মনা ফঙখ্রবা) — ১৯৮৩ ; স্বগগী লৈবাক্তুদা (লমকোই হ্বারী) — ১৯৯৪ ; কোম্বীং অপরেসন (হ্বারী মচা) — ১৯৯৬ ; নুপীগী য়াকায়রোল (হ্বারেং) — ১৯৯৭ ; কোরৌহনবনা ইরোম্নুংদগী খোংদোয়রকপা লমদমদুদা (লমকোয় হ্বারী) — ১৯৯৮ ; লোইনাইদ্রবা হ্বারী (হ্বারী মচা) — ১৯৯৯ ; কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোই হ্বারী) — ২০০০।